[illegible]

# তারো ৱারীসে শিনাইগাং

দাঃ যামিনী দেবী




রাই প্রবীনা ব্রদর্স পব্লিকেশন, শগোলবন্দ
ইম্ফাল।

**Taro Warishe Sinaigang,** a collection of poems written by Dr. Chongtham Jamini Devi, published in 2011 by Rai Pravina Brothers Publication, Sagolband, Tera Bazar, Imphal, Manipur-795001.



অহানবা ফোঙবা : অগষ্ট ২০১১

মখুমগী লাই : মহৌশাগী শক্তম, অযেকপা - দা: জয়বাস্ত্র পুখ্রম্বম

মশীং : ৫০০

লুপা ১৫০/-

লাইরিক ফংফম - মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অফিস
রাজেস বুক ষ্টোরস, গবর্নর রোদ, ইম্ফাল।

অইবীগী য়ুম।

লাইরিক নম্বা - সি.দি. বাইট কমপ্যুটবস, যাইস্কুল পুলিস লেন্দ, ইম্ফাল।

# কখোকচবা

ইমা লৈবাক্কীদমক

নীংহল্লবা লৈতনা

শিবা কিদনা

য়েক্লবা লাম্থেংনখিবশিংদা।

অইবী

# অইবীগী ৱাহৈ খরা

ইং কুমজা ২০১০ দা ত্রিপুরাগী নারান খামারদা খোংজোম লালগী কমাণ্ডর মেজর চোংথা মিয়াগী চহী ১০০ শুবা নীংশিং পালন থৌরমদা ঐ শরুক য়াজরুই। শিনাইগাং তুরেলদা চেং থোইদিং লৈশুনা অথৌবগী আত্মাদা তর্পন কৎচখি।

নারান খামারগী শিনাই তুরেল নাক্তা মেজর চোংথা মিয়ানা লৈরম্বা মফম, শিনাই তুরেলবু উরকপগী, মণিপুরনা চহী তরেৎ খুন্তাকপদা তখেল লৈবাক্তা চেন্দুনা লৈখিবা মৈতৈ মচাশিংগী চাওদা নাওদাশিংগা ৱারী-ৱাতায় শান্নরকপগী তাঞ্জা ফংলকখি। মদুনা পূক্লিংদা ইথিল কয়া পীরকই। মণিপুরগী ইতিহাসকী থৌদোক কয়া মীৎমাঙদা শঙ্‌শঙ চোংথোরকই :- খোংজোম লালগী কমাণ্ডর মেজর চোংথা মিয়াগী পুন্সি ৱারী, চহী তরেৎ খুন্তাকপা অসিনচিংবা। মালেমনা খঙনরিবনি - বৃটিশ সম্রাজ্যদা নুমিৎ তাদে হায়বা। অদুক খুৎকল্লবা বৃটিশকী মশীং য়াম্লবা লান্মীগী মায়োক্তা বোম তোপ য়াওদনা মৈতৈ লান্মী খুজোক অমতংগা লোয়ননা চোংথা মিয়ানা খোংজোমদা মণিপুরগী অরোইবা নীংতম লাল শোক্লখিবা? করম্না আন্দামান নিকোবর দ্বীপ (কালা পানী)কী সেল্লুলর জেলদা লৈরুবা - মানা নুংশিজবা মমা লৈবাক্তা চংহনখিদবা - মতম খর বৃন্দাবনদা লৈবা - তখেল লৈবাক্কী নারান খামারদা অরোইবা য়াহিপ তানখিবা - কয়াসি ঐনা শৈরেং ওইনা ইথোকচদুনা নীংতম লালগী অথৌবা মেজর চোংথা মিয়াগী স্মৃতিদা শ্রদ্ধাঞ্জলি ওইনা কচ্চবনি।

শৈরেংসি ইবা মতমদা ঐনা কবি গুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা ইবা "নদী" হায়বা শৈরেংদু নৈনজখি। মদুগী মরমদি শিনাই তুরেলনা বোড়ামুলা চীংদগী হৌরক্লগা মথং মথং নারান খামার ফাওরগা পদ্মা তুরেলদা তাখি। অনীমক্লা পুন্না সমুদ্র য়ৌমিন্নখি।

পদ্মা তুরেলবু শৈথাদুনা বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথনা শৈরেং অমা ইরমখি হায়। ঐনা মদু পাজনিংখি। মদু থিজবনি। কবি গুরুগী ভক্ত ওইবা কবি ওজা লাইশ্রম সমরেন্দ্রদা হংজখিবনি। অদুবু ফংবা ঙমখিদ্রে। শান্তিনিকেতনদা জগোইগী ওজা ওইরিবা মণিপুরদা জগোই তমখিবা মণিপুরী কলচল পামজবা দা: সুমীত বসুদা শৈরেংদু থাবীরক্লবা হায়জখি। মদুদি ফংদ্রে অদু নত্তবা শৈরেংদু থাবীরকখি। মদু ঐগী ইপুৰা রাজেন চোংথামবু মণিপুরী লোন্দা অনুবাদ তৌহল্লে। মদু পাজরে। বংলা লোন্দা ইবা শৈরেং লাইরিক "নদী" দুদদি অয়েকপা লাই খরসু সুপর ইমপোজ তৌদুনা হাপ্লি।

মদুগী ৰাখল্লোনদু পামজদুনা ঐগী শৈরেংগী লাইরিক "তারো ৰারীসে শিনাইগাং" হায়বসিদা লাই খর য়েক্কুনা হাপক্কে খঞ্জরে। লাইদি কনানা য়েকপিনি? ঐদি লাই য়েকপা হৈবা নত্তে। লাইবক ফবদগী হৌজিক বিষ্ণুপুরদা লৈরিবা নভোদয়া স্কুলগী লাইয়েকপগী ওজা ওইরিবা লৈতাম্বেম জিতেননা য়েক্লগে য়াবীরে। মাগী চিনখ্রবা মতম কাইথোকপীদুনা লাই ময়ামসি য়েকপীরে। মসিগীদমক ইবুংঙো জিতেনবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

অদুবু শৈরেং অসিখক্তনা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকপদি পীকমন্দুনা ঐনা ইজবা শৈরেং খরগা হাপচিন্দুনা লাইরিক অসি পুথোকচবনি। লাইরিক অসিনা মেনুস্কৃপ ওইরিঙৈদা পাবীদুনা সজেসন কয়া পীবীরকপা প্রো: যোধচন্দ্র সনসমগী শিংবা ঙল্লরোইদবা লম্মন তোনশিঞ্জরে।

লাইরিক অসি কবিগুরু রবীন্দ্রনাথকী চহী ১৫০শুবা নীংশিং পালনগী থৌরম অমগা মরী লৈননা ফোংদোকচবসি মহাক্কী কৃপাননি। কবি গুরুগী মফমদা ভক্তি কচ্চরি।

ৰাফম অমনা "তারো ৰারীসে শিনাইগাং" হায়বা ঐগী শৈরেংসে নারান খামারদা লৈবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালনা কাব্য ভুষন

উপাধি পীদুনা ইকাই খুম্নখ্রবা গুরুময়ুম শ্রী রাজেশ্বর শর্ম্মানা "শুন সিনাই নদীর কথা" হায়না মিত্রাক্ষর ছন্দদা বাংলা লোন্দা অনুবাদ তৌবীদুনা ইং কুমজা ২০১১গী মেজর চোংথা মিয়াগী নীংশিং পালন্দা তিল্লিবা সভাদা পাথোকখ্রে। ইকাই খুম্নজবা ঐজ্ঞাদা তৌবীমল খঙবা উচ্চরি, থাগৎচরি। ত্রিপুরাগী আর্ট এন্দ কলচরগী মন্ত্রি শ্রী অনিল সরকারনা চিফ গেষ্ট ওইবা থৌরমদুদা মশামক্লা তাবদগী মেজর চোংথা মিয়াগী মরম মুন্না খঙবীদুনা নারান খামারগী চোংথা মিয়ানা লৈরম্বা মফমদু "মেজর চোংথা মিয়া শরণি" অদুগা লম্বীদুনা 'মেজর চোংথা মিয়া রোদ' হায়না খঙনরগনি হায়না লাওথোকখ্রে। ত্রিপুরা গেজেটতা ফোংখ্রে। অসিগীদমকসু শ্রীঅনিল সরকারগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

নারান খামারদা লৈবী ইবেম্মা শ্রীমতি হৈক্রুজম গন্ধেশ্বরী দেবীনা মমাঙগী চহি ২০১০দা খোংজোম লানগী কমাণ্ডর মেজর চোংথামিয়াগী ফিরোই পাঙথোকখিবা থৌরমদা থব্রায় হকচাং য়াওনা শরুক য়াখি। ঐগী শৈরেংসু মহাক্লা লৌখি, অদুগা অথৌবা, ইপা-ইপুশিংগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কচ্চনিংবগী অপাম্বসু ফোংদোক্লমই। ব্রাখলদুনা লমজিংদুনা ত্রিপুরা সরকারগী চেফোং "ত্রিপুরা চে" দা মণিপুরগী নীংতম লালগী কমাণ্ডর মেজর চোংথা মিয়াগী, মণিপুরগী নীংতম লালগী পাউদম য়াওবা শৈরেং অসি তাংকক অহুম থোক্লা ফোঙহল্লকখি ইবেম্মা গন্ধেশ্বরী দেবীনা কোয়চেন চেঞ্জদুনা। মসিনা মণিপুরী লোল খঙবা ত্রিপুরাদা লৈবা মী কয়ানা শৈরেং অসি পাবা ফংখ্রে। লাইওখ্রবা ইপা-ইপুশিংনা মৈতৈ চনুসিদা য়াইফ মঙ্গল পীনবিবা ওইরসনু।

লাইরিক অসি মীয়ামগী মফমদা লাম্থোকচরি।

*যামিনী।*

# য়াওফম

# তারো ৱারীসে শিনাইগাং

হে শিনাইগাং পূকচেল তপ্পবী
নঙসে ঈচেলনিদো চীংলেম্লবী
তখেল লৈবাক্কী নারান খামারগী
লেমজনিংঙাইনিদো লমদমসিগী,

নঙনা মূরূম-মূরূম শোল্লিবসে
চ্রিক-চ্রিক চ্রোক-চ্রোক হায়রিবসে
ঈশীংনা ঈথক ইপোম হৌরিবসে
নঙনা করি হায়রিবা, তাইবঙ কনা খঙহৌররোইনেসে,

তারগনি হৌজিক, মুন্না তারগনি, নাকোং থাঙ্গৎতুনা
করিনো খরদি হায়রি নঙনা
নথৱায় নুংঙাইবা ফোংদোকপগীরা?
নত্ত্রগা নঙগী থম্মোয় কায়বগীরা?

ঈচেল তপ্পবী শিনাইগাং
ঐ খঙই, নঙনা তুরেল ওইবৈ নশিঞ্জাং
নঙনা তম্পাক য়ৌরকপা চীংথক্তগী নত্তরা?
মখল কয়াগী থব্রায়, মহৌশাগী মশক থেংনরক্তব্রা?

উরক্লমগনি লেঙদবা চীংজাওশিং ধ্যান তৌরিবা মুনিগুম
উন্না ফীরূক খুমদুনা অনৌবীগী কোকখুমগুম
নঙনা শাফু কন্না চেন্থরকপদা
শংবান’ অতিয়া মখাদা।

নঙনা চেন্থরকপদা অদুম্না
আ মখা চীংখোঙ তম্না
পীরমগনি চীংজাও কয়ানা অপনবা
ব্বারমগনি হোৎনবদা লাম্হোক্লবা।

অদৈ নঙনা জঙ্গল কয়া ফাওরক্লে
খুঙ্গং কয়াসু লাম্হোক্লক্লে
থেংনরক্লে লবুক-লমহাঙ কয়া
শজীক চাহৌবা শা-ষন, য়াও হামেং কয়া।

হৌরকই নঙনা বোঙামুলা চীংদগী
নঙগী লাইজনা য়েল্লম্বদগী
অসুম লুথরকই গর্ব্বাদি, তেলেরবন য়ৌরকপদা
ছনখলা, সেকেরকোৎ, লোলাংপোকপী
নারান খামার, গারতোলী, হরিপুরদা

নঙনা অসুম্না লাঈজ য়েল্লকপদা
কোন্নররোইদ্রা পাখৎচৈ নতারোই কয়ানা,
নংবু ওক্লগা তরাম্না
চেম্থমিন্নরকপনি অমুক খুৎশম্ননা,

শিনাই নংসে গুণ লৈবীনি
শক্লোন পুবী নহাকনি,
ওলাংথাগী মতমদা নয়াং খঙকং কংশিল্লি
ঈচেল তৎখ্রদা মীপাইনহল্লি।

ঈপান থানা লাকপদনা
তোর্বান পানা চেন্দুনা,
মাঙহন তাকহন থোক্লদরা খনহল্লি,
খুঞ্জাশিংগী পূক্নীং লাঙতক্লহল্লি।

অদুবু শিনাই নঙ মীনুংশি চাওবীনি
নঙদি কনাগী মাঙনবা তৌদবীনি,
নঙদি খুঞ্জাশিংগী থব্রায় ওইরিবীনি
লৌবুক্তা মহৈ মরোং চূন্নহনবীনি।

চীংল্লাক্লহল্লি শাবী শানৌ কয়াবু
পাওমেন্নহল্লি নাপ চীক্লা নুংশিনবশিংবু
শমজিন্নহল্লি নতম্বাক্তা থোংনা মখোয়বু
শিনাই নঙনা তোর্বান ব্রাংম, ব্রাংমগী খুঞ্জাশিংবু

নঙগী ঈপাক্তা লেমলৈনা জগোই শাজবনি
নহাশিংনা ইরোইদুনা নুংঙাইনা শান্নজবনি
খুঙ্গংগী চনুরাশিংনা নংগী লাঈজ শোকচবনি।
কোক্তা পুনবু পুরদুনা পরেং পরেং চৎচবনি।

নঙগী ঈচেলদা ব্রাকয়ৈ হিবু হোন্দুনা
হিরোয়শিংনা নৌগী তাম্বাদা তৌদ্রি খোংলদুনা
হিদেন কয়া লাল্লকলি মথঙ-মথঙ
অদুদগী হোন্থখ্রি শহর পাং'।



তারো বারীসে শিনাইগাং

হৌরি নঙগী তোর্বান নাক য়েত্তা
শীংনাং তুম্নৌ উপাল্লক্তা
কৌজেং-হারৌ, উচেক-ৱায়া শান্নজরি
পূম্নমকসে শিনাই নঙ তারি, উরি।

শাঙলবা নঙগী খোঙচৎতা
পাক চাউরবা লবুক লমহাংদা।
উরমগনি নঙনা লৌরাংশুরিবা লৌমীশিং,
শা ষননা শজিক চারিবশিং,

উরমগনি করিগুম্বদা ফৌগী লবুক কয়া,
শুক্লবা উমং-ৱামঙ কয়া,
হৈনৌ, থৈবোঙ পাম্বীগী হৈকোল কয়া,
চরূ মপুন পৈদুনা থমহৌবা লৌতাংশং কয়া,

উরমগনি নংনা তাম্না লৈহৌবা খুঙ্গং কয়া,
খোইদ্রীং খোইদ্রাঙ চঙখ্রিবা লম্বী কয়া,
ষন গাড়ীনা পোৎলূম পুদুনা চৎপা কয়া,
খুলগী হূঈয়াম্না মতূংইন্না চৎলিবা কয়া,



—• তারো ৱারীসে শিনাইগাং

করিগুম্বদসু উরমগনি নঙনা শিনাই
চাউর চাউরবা খোংনাং পাম্বীশিং
উরূমদা পোত্থারিবা শঞ্জেলনহাশিং
মোমোন নোক্ল ঈশৈ ঙংহৌবশিং।

করিগুম্বদসু উরমগনি নঙনা চুগী লৌকোল খরা,
করিগুম্বদসু নঙগী হিদেনদা ইরুজহৌবী খরা,
ঙামীশিংনা ঈল হুল্লিবা, ঈল চিংলিবা খরা,
অঙাঙ ময়াম্না ইরোইদুনা শান্নহৌবা খরা।

শিনাই নংদি চৎনিংবা মায়কৈদা চৎলিবনি
অদুনা শোয়দনা থেংনরমগনি
অদুঙৈগী নিংথৌরেল, নবাব, মহারাজগী
নীংখাইরবা ফুরা দলাল, মন্দির, মসজিদ, গীর্জা, দরগা।

মখোয়দুনা লীরমগনি নঙোন্দা ৱারী
ফমদৌশিংদুনা লানঙম ফিরাল থেৎপগী ৱারী
মখোয়গী মতীক মগুণ, কন-থৌবগী ৱারী,
পূম্নমকতু লূপখ্রে ঙসিদি মতমগী ঈচেলদা।



তারো ৱারীসে শিনাইগাং

অসিরা শিনাই নঙনা হায়নীংলিবা ?
নঙনা তৎতনা মৃন্মম-মৃন্মম শোল্লিবা ?
চ্রোক-চ্রোক চ্রিক-চ্রিক হায়রিবা
নত্ত্রগা নঙনা ৱারৌবগী ৱাকৎলিবরা ?

নঙনা শহর য়ৌরকপদা,
নঙগী লূর লাঈজদা,
লংথবিরে অমোৎ অকায়শিং,
লেমলৈ ঙাশিং, কান্নরবা ঈশিং পাম্বীশিং

পূম্নমক লোইনা মাঙহনবীরে,
ঈচেল ফুল্লদ্রা মিপাইরে,
নহাক খাঙবদা ৱারে,
অসিরা শিনাই নঙনা ৱাকৎলিবা ?

নত্তে নত্তে নঙনা হায়নীংলিবদু,
মুন্না খঙই ঐদি মদু,
ওইরমগনি শোয়দনা নংনা হায়নিংলিবদু,
মদুদি খোংজোম লালগী কমাণ্ডর,

মেজর চোংথা মিয়াগী,
অরোইবা মৈরীদো চিতাগী,
মুথৎখিবনি নংগী লাঈজনা,
নারান খামারগী নঙগী তোর্বান ’সিদা।

খঙই ব্বারৌখিবনি নঙনা,
মাগী মচা মশূশিংনা,
করিগী খোঙ্গুল লীরক্তবনোসে,
অথৌবদুগী অরোইবা য়াতাফমসে।

ব্বারৌগনু সিনাইগাং, চহী ১০০গী তুংদা,
ঙসিদি য়ৌজরক্লি ঐখোয় ননাক্তা।
কচ্চরি তর্পন হৈ লৈ চেঙ-থোয়দীং নঙগী ঈচেলদা,
অথৌবদুগী আত্মা শান্তিগীদমক্তা।

শিনাই নঙগা উনবা পূংজাসিদা,
ব্বারী খর লীজরমগে নঙোন্দা,
অদুবু হায়দোকলগে খল্লুবদা হঙ্গোয়দা
অদু হায়দবদি ময়াদ্রেদা

মরমদি মসি নঙগা ঐগগী ৱারীনি,
নুংশি চান্নবা লীপুনগী ৱারীনি,
মণিপুরদা চহী তরেৎ খুন্তাকপগী ৱারীনি,
খোংজোম লালগী ৱারীনি।

মেজর চোংথা মিয়াগী ৱারীনি,
মানা নারান খামারদা লাকখিবগী ৱারীনি,
শিনাই নঙগী নশাইগোনগী ৱারীনি,
চোংথা মিয়ানা অরোইবা য়াহিপ তানখিবগী ৱারীনি।

অদুনা তারো শিনাই ৱারীসে,
সনা লৈবাক মণিপুরগী ৱারীনি,
মাদি চহী লীশীং অনী হেন্না লৈরক্লবনি,
মশাগী পুৱারী লৈজবা লৈবাকনিদো।

মশাগী লোন, ময়েক, চৎনপথাপ লৈজবা,
ফিজেৎ চাকচা চঙখোনজবা,
মীয়োন মীচান ফজবা, হৌন লোনচৎ ৱাৎতবা,
ঈনাক খুনবা লমদমনিদো অতাঙবা।

সনা লৈবাক মণিপুরগী মপারীশিংদি
নোংদা লাইরেন পাখঙবগী
চাওদা নাওদা ওইবনি,
খূৎকন পাঙ্গনবা মখোয়নি।

মখোয়দি কৈবু চঙনা ফাবনি
থাঙ, তা, অরাম্বাইদা, মপা লৈতনা হৈবনি।
শরীৎ শারাক্তা হৈথোই শিংথোইবনি,
শাদা লালদা ইচঙ থৌবনি।

অদুবু লমলেন লমনুংশিদো,
চহী তরেৎ খুন্তাকখিদো,
মদু ইংকুমজা ১৮১৯-২৬ তনিদো,
মদুগী ৱারীদু তানীংদরা শিনাই নঙবো ?

মদু অসুম্না থোকখিবনিদো,
মণিপুরগী নিংথৌ মচাশিংদো,
মখোয়না ফম্বাল মুন্নরকপদা খুদোংচাবা লৌদুনা,
অৱানা লান্দারকখি সনা লৈবাক্কী লম্থুম মিহৌদুনা

চৌরজিৎ, মারজিৎ মচীন মনাওনা,
পূকচেল খোয়চেল তিন্নদবনা,
য়েক্লববু মায়োক' ঙমখিদেদো,
অদুনা প্রজাশিংনা অৱাবা নংখিদো।

নিংথৌদি প্রজাবু হুন্দোক্লদুনা,
লৈখিদো মণিপুরগী ৱাংমদা নাথৈদুনা,
মপীমপা লৈত্রবা প্রজাশিংনা অৱাবা কয়া খাঙখিদো
করম্নবু পাউদম্লসিগে মোং হাদবী নঙোন্দা।

মীনুংশি হৈত্রবা য়েক্লবা অৱাশিংদুনা,
নূপী অঙাঙ নহা অহল খাক্তনা,
মখূবাক্তা য়াইরীনা লেংশিন্দুনা
শা ষনগুম পুখি হোইরদুনা।

মশানা য়ানিংদবা নূপী কয়াবু
নমদুনা লৌখি মখোয়না।
ফারবা মীশিংদুনা বন্দি ওইনা,
মীনাঙ্গী ওইহনখি নমদুনা।

তারো ৱারীসে শিনাইগাং —

পীক্লিবা অঙাংমচা, নূপীমচাশিংবুনা,
ঈমূংদা হোইজিল্লগা মোরোক মৈ থাদুনা,
স্বর ফুলহন্দুনা, শিঙমদনা হাৎতোকপিখিবনি,
য়েংহৈ উহৈদবা, মীনুংশি খঙদবা থৌদৌনি।

খাঙবা ঙমদ্রবা প্রজা কয়ানা ময়ূম মকৈ থাদোক্কুনা,
চীংনুং মানুংদা লৈখি লোৎতুনা,
চেন্দুনা লৈখি কাছার, সিলেট, তখেল, সুরমাভেলিদা,
চঙজফম লৌদুনা লৈখি মৈতৈ, পাঙল, বিষ্ণুপ্রিয়া য়াওনা।

প্রজানা কয়া তৌফম খঙনখিদ্রবা,
মখোয়না মরৈপাক থাদোক্কুনা চেনখ্রবদা,
ৱাৎত পাদবী সনা লৈবা মণিপুরদো
চহী তরেৎ খুন্তাক লানশিখিদো।

লৌ উনদ্রে, মহয়-মরোং লোকখিদ্রে লমদমদু;
চান-থক্ক ফংলক্কবদা অৱাশিংদুনা
পূকৈ-লনগৈ থুগাইরে, লম্বুম হূদুনা পুখরে,
য়ূমকৈ-মৈ থাদোক্লম্লে, মরোম মরাং তাকহল্লমলে,

মণিপুরদি সনা লৈবাক ওইবনিনা
লাইনা থাবা লমদম ওইবনিনা,
লেম্না মাঙফদবা ওইবনা,
নৌনা শেমগৎলকখি অমুক হন্না।

মদুগীদমক চোংথোরক্লে মৈতৈ মপারী অমা
কোলোই মিংলেন হিরাচন্দ্র, নিংথৌ মচা অমা
মমা লৈবাকপু অৱাদগী কনগে হায়রক্লে,
অরোনবা গোরিলা লাল্লোং শীজীন্নরকলে।

খোমজিল্লে প্রজাশিং ওৎপী নৈবীরবশিং,
চীংনুং মানুংদা লোৎতুনা অৱাবা খাঙলিবশিং,
লৈরক্লে লোন্না থুপ্না মচী মচীদা,
খূৎ থারক্লে কন্না, মশীং য়ামখ্রবা অৱা লাম্মীদা।

মতাংদুদা চোংথোরক্লে মৈতৈ নিংথৌ মচাশিং
গম্ভীরসিংহ, নরসিংহ মচীন— মনাওশিং
অৱা লান্মী লাম্থেংনদুনা,
মমা লৈবাক নীংতমহল্লগে হায়দুনা।

অদুবু অৱা লান্মীনা মশীং হেনখিবনা,
লৌবা তাখি ব্রিটিশকী মতেঙ,
অৱা লান্মীগা লান্থেংনখি,
মণিপুরগী নীংতম্বা হঞ্জিনহনখি।

লাল লেপ্লরবদা অৱাগা সন্ধি তৌনরে,
১৮২৬ কী য়ান্দাবোগী চুক্তি সই তৌনরে,
মণিপুরনা কবো ভেল্লীদি মাঙজখিদো,
নীংঙমখিদে গম্ভীরসিংহ, মদুনা লাইমন ওইখিদো।

চহী তরেৎ খুন্তাকপা লোইশিল্লে,
মীরমদা থৈরুবা গোবিন্দজী লেঙলক্লে,
মীরমদা চেনখিবা প্রজাশিং নিংথৌনা কৌশিল্লে,
অদুবু মখোয়দু হল্লকউদি য়াখিদ্রে।

মখোয়দুগী মনূংদা তখেল লৈবাক্কী
নারান খামারদা লৈরিবা মণিপুরীশিংসু য়াওরিবনি।
মখোয়দুনা চোংথা মিয়াবু কৌশিন্দুনা
লৈহনখিবনি সিনাই নঙগী তোর্বান নাকসিদা।

ঙসি মণিপুরগী প্রজাশিংনা
খোঙ্গূল লীরক্লি সিনাই নঙগী নশাইগোন্দা নৌনা,
খোংজোম লালগী কমাণ্ডর চোংথা মিয়াগী
অরোইবা য়াহীপ তানখিবগী খোঙ্গূল লীনবগী।

নুংশিবী শিনাইগাং ৱারী মখা অমুক লীরগেদো,
খোংজোম লাল শোক্লখিবগী ৱারীসে,
চোংথা মিয়ানা ননাক্তা য়ৌরকখিবগী ৱারীসে
তুংগী মীরোলনা খঙনীংগদবা ৱারীসে।

শিনাই তুরেল নঙনা নারান খামারদা
খোংজোম লালগী কমাণ্ডর চোংথা মিয়াবু নাউকোনবিবগুম
খোংজোম তুরেলনা মেজর পাউনা ব্রজবাসি,
খুম্বোং মেঞ্জর, চীংলেনসম্না, লোইতোংবা জমান্দার,

কৈশা জমান্দার, হৈরাংখোংজা মেজর,
ৱাংখৈ মৈরাবা পোয়লানচিংবা,
মমা লৈবাক্কীদমক মথৱায় কৎখিবা অথৌবশিংবু,
মতম্বাক্তা কোনশিনবীখি মখোয়গী অরোইবা মীকুপ্তা।

মমা লৈবাক্কীদবক অথৌবশিংদুনা,
কৎখিবা বলিদানবু নীংশীংদুনা,
শিনাই তুরেল, খোংজোম তুরেলদা,
মীয়াম্না কৎনরি তর্পণ মখোয়গী স্মৃতিদা

খোংজোম লালগী ৱাহৌদি
ইং কুমজা ১৮৮৬ মে ২০দা
মহারাজ চন্দ্রকীর্তিনা নোঙ্গাখ্রবদা,
ফম্বাল মুন্নবগীদমক নিংথৌমচাশিং খৎনখিবদগীনি।

মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা,
মরৌ চাউবা মলেসশিংনা,
ফিরিঙ্গী লমলৌ হৈবশিংদুনা,
মণিপুরবু খুদুম চনগে থৌরাংখি।

মথৌনা লৈরবা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ বীরবু,
ফারবদি মণিপুরবু খুদুম চল্লগনি খন,
বৃটিশনা ১৮৯২ গী মার্চ ২৩-২৪ গী লোন্নবা অহীংদা,
লান্দারকখি লোন্না যুবরাজগী সঙ্গাঈদা।

লৌশিং লৈরবা যুবরাজনা নুমিৎতুদা,
লেকখিদে সনা সঙ্গাঈদা,
নিরঞ্জন সুবেদার চোংথা মিয়া অনীনা,
সনা সঙ্গাই শঙলমখিনা।

সনা সঙ্গাঈগী নোংপোক্তা চেল্লিবা,
তুরেল নাক্তা হৌরিবা,
চীংনাং খোংনাং পাম্বী নাক্তা লৈরিবা,
প্রজাশিংদা তাইনদুনা য়ুম মৈ থাখিদো

মরাল লৈজদবা নুপী অঙাং অহলশিং লোইনা,
তুমনা হাৎখি বৃটিশশিংনা।
চোংথা মিয়ানা লৈশাং জমান্দার, অথোকপম দেৱান,
খুম্বোং সুবেদার লোয়ননা
চীংনাং খোংনাং মখোঙদা বৃটিশকা অকনবা লাল য়ান্নখি।

মৈতৈ অথৌবা অহূমদি
কংলাবু কন্ননবা হোৎনবদা,
সহিদ ওইখিদো লালফমদা,
চোংথা মিয়াদং হিংহৌইদা,

নুমিদাংৱাই লাল লেপ্লরবদা,
মি : কুইন্টলনা লুচিংবা সাহেব মঙা,
দরবার তৌবা চঙলকখি বৃটিশ সাহেবশিং,
মদুদা য়াওখি যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ বীরশিং,

লোয়ননা থাঙ্গাল জেনেরেল, গীরিধারীসিংহ অঙোম নিংথৌ,
কর্নেল শামু, অঙম অথৌ কয়া,
চোংথা মিয়াদি ভাবক ওইনা লৈখি।
যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎগী থৌগল তৌদুনা লৈখি।

মি : কুইন্টল লোয়নবা সাহেব মঙাদো,
শঙলিংবগী খূত্তা কংলাশা মাঙদা মঙক কেনখিদো।
মরাল লৈতবা প্রজা হাৎপগী
অসুম্না দণ্ডী ফংহনখিদো।

মদুগী লম্মন খুম্নবা বৃটিশশিংনা অমুক মণিপুরদা লান্দারকখি,
লাম্মী লীশীং অমা লোয়ননা লেফনেন্ট সি এস গ্রান্টবু থারকখি,
টুমুদগী চঙশিল্লকখি মণিপুর তম্না মখোয়না,
মণিপুরবু মায়থীবা পীরগে তেমশিংলদুনা।

মণিপুরগী ওইনদি মেজর চোংথা মিয়া,
মেজর পাউনা বৃজবাসিনা লুচিংই।
এপ্রিল ১৯, ১৮৯১ দা সিপাহী ৪০০ দংগা
পলেলদা চঙশীনখি বৃটিশকা থেংননবা।

ইং কুমজা ১৮৯১ গী এপ্রিল ২৩ দা
মেজর পাউনা ব্রজবাসি লালদা তুরে,
ৱাংখৈ মৈরাবা পোয়লানচিংবা,
ককচিংগী মনাউচীংদা বৃটিশকী খুত্তা লৈখিদ্রে।

খোংজোমদা লাল শোক্লবদি এপ্রিল ২৫-১৮৯১ দনি।
বৃটিশ লানমীগী কমাণ্ডরনা কেপ্তেন রন্দলনি,
মৈতৈ লান্মীগী কমাণ্ডরনা মেজর চোংথা মিয়ানি,
শোক্লখিবসি মণিপুরগী অরোইবা নীংতম লালনি।

বৃটিশ লান্মীনা মতম অমত্তদা
শিলচর, কোহিমা, টুমুদগী লান্মী থোমজিল্লকখিবনি,
বোম তোপ লোয়নরিবা মশীং য়াম্লবা লান্মীনি,
মৈতৈ লান্মীনা খোংজোম তেঙ্গোল শাদুনা ঙাকথোক্লবা লৈখি।

হায়জখিবনি মেজর পাউনা ব্রজবাসি,
মেজর চোংথা মিয়া অনীনা,
কোনুংদগী তোপ পীবিরকউ হায়না,
অদুবু তোপ ফংবদি ঙমখিদে।

মৈতে লান্মীনা বৃটিশ লান্মীবু,
থাঙগা চুঙ্গোয়গদনা মায়োক্লখিবনি,
বোম তোপকী লাম্বাদা শিরনি খঙলবা মখোয়না,
চঙজখিদে য়েক্লবদা, লাম্থেংনখি নীংহন্নদনা।

নাকল অনীমক্লা অমনা অমবু হাৎনবনি,
অকনবা লাল শোক্লখিবনি,
য়াম্না শাথীবা অকিবগী শক্তমনি,
শা উচেকশিংনা কিজবনা থক থক নীকখিবনি।

উপাল ব্রাপালসু হাইনা হুম্না খাঙজখিবনিদো,
মহৌশা লাইরেম্বী তৌফম খঙখিদ্রেদো,
মণিপুর ইমাগী মপারী লান্মীশিংদো,
বোম তোপ্তগী ঙাকথোক্লবা কোম মনূংদা লৈখিদো।

তারো ব্রারীসে শিনাইগাং



• তারো মারীসে শিনাইগাং

লিরুং তেন, থাঙ তা পায়দুনা,
লাম্হেংননবা লৈরি শেম শাদুনা,
মাঙদা লৈরিবা চীং নাপোমদুনা,
খোন্থাং য়েরক্লি মৈতৈ লান্মী তম্না।

পাউজেল্লকখি অসুম্না-
ইচাশা ! নমা ঐদি ৱাদবা ঙমদ্রেদো,
পাঙ্গল্লবা বৃটিশনা নখোয়দা বোম থাদগবগী লৈরেদো,
হে থৌনা ফবশা ! নখোয়দি বোম তোপসু লৈজদ্রেদো।

শিনি খঙলবসু নখোয়না,
নমা ঐগীদমক নথৱায় থাদোকপদি,
চঙনা স্বর্গ কাবনি লৌরব্রা ?
অসুম্না লানঙম চীংনা প্রলয় ঈশৈ শকলকখি।

হে মৈতৈ লান্মী অথৌবশা !
খঙই নমা ঐনা নখোয়গী নথৌনা নরিংজেল,
থাঙগ, থাঙগ, তাগ তাগতা শোক্লরবদি,
নখোয়বু বৃটিশনা মায়থীবা পীবা ওইথোক্তবনি।

ও : য়েংঙমদ্রে নমা ঐ।
লাংঙথেল চীংথক্তগী বৃটিশ লান্মীনা
বোম তোপ মশিং খঙদনা কাপথরক্লে দ্রং দ্রং।
খোংজোমদা তেঙ্গোল শেমদুনা লৈরিবা লান্মীশিংদা।

মৈতৈ লান্মীগী ঈতনা খঙহৌদনা,
ঈগী তুরেল ওইরকই খোংজোম তুরেল,
মৈতৈ লান্মীগী অশিবা হকচাঙ মতৎ মতৎ তারকই।
ঈ তৈরবা মী মকোকশিং লৈমায়দা থরো থরো ওল্লকই।

চেনশীল্লকই মেজর চোংথা মিয়া,
ও : মাগী হকচাঙগী মফম অহূমদা নোংমৈনা পাল্লে,
বোমদি কাপশীল্লকলি অতৎপা লৈতনা,
মেজরগী হকচাঙদগী ঈখেংশিন্থরি লেপ্তুনা।

অদুবু হনবা লৈখিদে মাগী থৌনাদো,
মমা লৈবাক্কীদমক মথৱায় কৎকে লেপখরেদো,
মৈতৈ শিফাই ২০০ সু লানফমদুদা শহীদ ওইখরেদো,
নুমিৎ অদু ১৮৯১ গী এপ্রিল ২৫ নিদো।

শোক্লবা চোংথা মিয়াবু পুরক্লে শগাই শাদুনা
হিংহৌরিবা লান্মী খরনা
থৌবালগী শাপম লবুক ফাওদুনা
মরক্তা ফারে মাবু বৃটিশ লান্মীনা।

লানফা ওইরবা চোংথা মিয়াদো,
কৈশূমশঙদা থম্লে বিচার লোইদ্রিফাওবদো,
মৈতৈ লান্মী লোইনমক শিরেদো,
চোংথা মিয়াগা লোয়ননা মীকোক ২২ দং হিংহৌরেদো।

লানফমদা শিখিবা মৈতৈ লান্মীশিংদো,
মমা লৈবাক্কীদমক লোইনা বলিদান তৌখিবনিদো,
মখোয়দু মণিপুর ইমাগী মপারী ঙাকনিদো,
ইজাতিগী ঈ ঙাক্তনিদো।

শিরিবা মখোয়দু অথৌবা ঙাক্তনি
সনা লৈবাক্কী মহয় মরোংনা চিন্দমখিবনি,
চারকখিবদু মরমদমগী ঈশীং নুংশিৎননি,
মখোয়গী শিংলী নাউরীদু মদুনা কনখৎহনখিবনি।

ইঙেন থাগী মতমনি,
খোংজেম লালগী মতমনি,
মৈতৈ লৈমগী মপারী কয়া মাঙখিবদা,
তেংথারি মপুরোইবা মচা কায়নরবী নুজাশিংনা

মীকপ মীরাউখোলনা নিল্ল'মরক্তা
অমম্বা অহীং তাংলৌ অথেঙবদা
অমুবা লৈচিননা শীন্থুংনা শন্দোকলক্তা
মৈতৈ লৈমনা থেমজিনবীরি নুজাশিংদুবু।

কপ্লগনু নুজাশিং!
মমা লৈবাক্কীদমক লানফমদা,
মথল্লায় থাবদি,
চঙনা স্বর্গ কাবনি।

চোংথা মিয়াগী বিচার চথরে,
হংখি মঙোন্দা নহাক কনানো,
খুমখি মানা ঈচঙ থৌনা
ঐহাক খোংজোম লালগী কমাগুরনি।

হায়জখিদে মখোয়দা মথৱায় কনবিয়ু,
খুমখি পীনীংবা দণ্ডী অদু পীয়ু।
ভিক্তোরিয়া মহারানীগী মথক্তা লালহৌবগী মরাল শীরে,
অদুনা মঙোন্দা ফাঁসিগী হুকুম পীরে।

মথৌনা লৈবা শিবা কিদবা,
চোংথা মিয়াগী ফাঁসিগী হুকুমদো,
তুংদা অমুক ককথৎখিদো,
পুন্সি চূপ্পা জিলা খারিজ তৌবদা ওন্থোকখিদো।

ইং কুমজা ১৮৯১ দা জিলা খারিজ থাখি আন্দামান নিকোবর ইথৎতা,
থমজিনখি মাবু কলাপানীগী সেল্লুলর জেলদা মীওই ২২ গা,
ইং কুমজা ১৮৯৬দা মাবু সেল্লুলর জেলদগী থাদোকখি,
অদুবু মমা লৈবাক মণিপুরদদি অমুক হন্না চংহনখিদ্রে।

অদুম্নদি ওইরগা বৃটিশনা,
ঈকাঈ খুম্নখি মাবু থাগী পেনসন লুপা চামা পীদুনা
পোক্লফম লমদম মণিপুরদা চংহনখিদ্রবদা
মতম খর লৈখি বৃন্দাবনদা চোংথা মিয়াদো।

চহী তরেৎ খুন্তাকপদা তখেলদা চেন্দুনা লৈখিবা,
চোংথাম শাগৈগী মাগী মরীমতানা বৃন্দাবনদগী কৌথোক্লুনা,
তখেলগী নারান খামারদা লৈমিন্নখিবনি,
সিনাই তুরেল তের্বান্দা মহাক অরোইবা য়াহীপ অনখির্বনি।

মতম অসুক কুইবসে,
চহী চামা হেল্লকলবসে,
অকাউবগী লৈরোন্নুংদা লৈরুরে,
থিবদা খঙলে ঙসিদি মাগী অরোইবা য়াহীপফমসে।

লৈহাও চেল্লবা নারায়ন খামার
মৈতৈশিংনা কৌজবনা নারান খামার
লৌয়াম লৈবা নারানগী মৈতৈ খুঞ্জাওগী
পুকফবী সিনাই নংগী ননাক্তনি হায়বসে

পূকচেল তপ্লবী ঈচেল নঙবু
লমদমদুগী মীনদি শিনাইগাং মিঙ্গৌনৈ
নঙগী ঈচেলদা কোংগ্রেং তাবগীনি হায়নৈ
কৌজনীংই নঙবু ঐনদি কোংগ্রেং তাবী ঈচেল নুংশিবী।

চোংথা মিয়ানা নারান খামারদা য়ৌরকখিবদু,
ইং কুমজা ১৮৯৬-৯৯ দনি,
রাধা কিশোর মানিক্য দেবনা তখেলদা,
মতীং লৈনা নিংথৌ ওইরিঙৈনিদা।

ৱাফমসিনা নৌহৌনা অমুক নীংশীংহল্লেদো,
তখেলগা মণিপুরগা থায়নদগী লৈনরকপা মরীদো,
তখেলদগী সনা লৈবাক মণিপুরদা ওঙলকখিবী তখেল্লৈগা,
সনা লৈবাক্কী লৈরাং চিগোংলৈগা নাচোম শেমলগা,

শ্রীগোবিন্দদা কৎচখিবনিদো রাজর্ষি মমোম শিজ লাইওইবীনা,
শিজলাইওইবীগী মনাওবেম্মা হরিশেশ্বরীনা,
তখেল নিংথৌ রাজধর মনিক্যগী মহারানী ওইঙৈদনিনা,
শ্রীগোবিন্দগী ঈরেমখাক্লা শাইওল্লখিবা রাধামাধবনা,

তখেল লৈবাক্কী রাধানগরদা ঙাম্থোইরকখিবনিদো,
ঙসীসু মফমদুদা অদুমক ঙাম্থোইরিদো,
চহী খূদিং রাধামাধবতা মহারাস জগোয় কৎলিদো,
অসিমক্না লৈবাক অনীবু হেন্না নকশীন্নহনখিদো।

লৈবাক অনীনা নকশীন্নরবদা,
হেন্না নুংশিনরকখি অমগা অমগা,
তখেলদগী মীওঈ কয়া অমা মণিপুরদা লৈরখিদো,
মদুগী শাক্কিদি তখেলখোংনা ওইরিদো।

অদুগনে শিনাই ! মেজর চোংথা মিয়াগী ৱারীদি,
মানা থারম্বা নগেস্বর পাম্বীগী লৈনম্মদি,
খঙহল্লিদো অকোয়বদা ঙসীদি।
অদুনা অমুক্কা নকশীন্নহল্লে তখেল লৈবাক্কা মণিপুরগা।

ঐনা অসিমসু হায়জনীংই নফমদা,
নংনা য়ৌরু য়ৌরুবা মফমদা,
লীবীরম্মু মণিপুরগী নীংতম লালগী ৱারীসে,
মেজর চোংথা মিয়াগী পুন্সি ৱারীসে।

লিরগে তারো অমুক সিনাইগাং!
মেজর চোংথা মিয়াদি থাঙ তা লমজেলদা,
হৈথোই শিংথোইবনি, মথৌনা লৈবনি,
অদুনা মহারাজ চন্দ্রকীর্তিগী লাম্মী অচানবা ওইবনি।

মাগী কোলোয় মিংলেন্দি,
চোংথাম ইবোতোন কৌবনি,
মাগী পোক্লফমদি খ্বাই ললাম্বুং মখোঙদনি,
ইং কুমজা ১৮৪১ দা তাইবঙদা খোঙদারকপনি।

পম্ভৌনা চোংথাম বুদ্ধিরাম সিংহনি,
পলেম্না মন্ত্রিমযুম নীংঙোল সনানি,
পলেম পম্ভৌগী মপারী তরুক্কী মনূংদা মানা মরীশুবনি,
মানা নামৈরাকপম চনু ঙৌনু পান্নদুনা পারী অনী ফংখিবনি।

মপারী চাউহল, কৌখা তোম্বা অনীমক শোইনাইখিদে,
অদুনা মাগী খোঙ্গুল লিবিনবা ধার লৈহৌদে।
চন্দ্রকীর্তি মহারাজ হাক্তক্তা পাঙলশিংনা ঈরাঙ হৌরল্লবদা,
পাঙলশিংদু লাকশীন্নবা ইবোতোনবু পাঙল শারগা থাবদা,

মাগী থৌদাংদু নীংথীনা পাংথোকপগী,
মঙোন্দা মিয়া উপাধি পীখিবদগী
তুংদা উপাধিদুনা মাগী মীংলেন ওইরকখিবনি,
চোংথা মিয়া হায়না খঙনরকখিবনি।

ইং কুমজা ১৮৮৩ দা,
সনারোবা চাউবাগী লালহৌ য়াওরুবা হাক্তক্তা,
পাউনা ব্রজবাসিগা লোয়ননা মহাক,
কৈশূমশঙদা অৱাফম তাদুনা লৈরুবনি।

লৈবাক্কী চিরবা তাংফম লাক্লবদা,
বৃটিশকা লাম্থেংন্নবা খোংজোমদা,
অৱাফমদগী লৌথোক্লগা মেজর খুভম থিন্দোক্তুনা,
খোংজোম লালগী লুচিং পুরেল হাপখিবনি।

নীংতম্ববু মমল লৈনা লৌজবা মিয়াদো,
অহল মতম ওইরক্লবদা,
পোক্লফম লমদমদি উজ ফংখিদা,
মীৎলু পিরাং শিন্থনা য়াম্না ৱানা খাঙখিদা।

নুংশিজবা মমা লৈবাক মণিপুর,
মাগীদমক থৱায় পাম্মুদবা মানা,
মরমদম্বু উজবা ফংখিদ্রেদো,
শ্রীগোবিন্দগী দর্শন ফংজখিদ্রেদো।

অসিদগী হেন্না নুংঙাইতববু,
করি হেন্না লৈরিগদগে?
মমা লৈবাকপু নুংশিজবা মঙোন্দা।
অদুবু ব্বারী অতে নীংশীংলুরগা মপূক্লীংদি ফাজীনজখি মহাক্তো।

অদুঙৈ চিত্তোরগী রানা প্রতাপসু,
মাদৌনা ব্বাখিদো মমা লৈবাক্কীদমক্তা,
মুগোলশিংনা মরমদম মুনখ্রবদা,
লম্মন খুম্নবগীদমক লোৎখিদো চীংনুং মানুংদা।

মীচঙ ব্বাৎপনা মরম ওইরবদা,
মরৈবাক কনবা ঙমদ্রবদা,
মীৎলূ পিরাং শীন্থনা,
চীংদোল থক্তা লেপ্তুনা,

কপচখিবনি থম্মোয় খূদূম শুদুনা,
তেংথাজখিবনি মমা লৈবাকপু কৌদুনা,
নচানা পাণ্ডবনা ইমাগী লম্মন শিংঙমদ্রেনা,
ব্বারৌগনু পলেমও নুংশিবী চিত্তোর হায়না।

অদুম্না মেজর চোংথা মিয়াসু,
শোঞ্জখি অসুম্না-হে ইমা মণিপুর !
শংলেন ফিজোল থোল্লিবী,
চীংলোন মাপননা পল্লোল ঙাকলিবী,

ইমা নঙদি য়েংলু য়েংলু মায়কৈদা,
মীৎফম হোংবা য়াদবীনি।
চীংদা চৎলে মনুংশি,
তমদা য়েংলে মফজৈ।

লোক্তাকনা মিংশেল ওইরিবী,
নুমিৎনা চীংয়া থাংবদা, তময়ানা কোরী চেনবদা,
হানৌ মরক্তা কাওরেল শজীক চাহৌবা উরোক শঙ্গু পাইহৌবা,
নচানা উদবা কোরৌ মশীং য়ামলকলেদো পলেম।

কোরৌনা শোরা চীংদগী খোঙদোঙ্গইরকপদা,
ঈংনা চীক্লা ঙাম্থোইরকপা শক্তমদো,
কোরৌনা মমি শামলকপদা
নোংজাবী লক্তা উরোক পরেং পাইহৌবদো

নচানা করম্না কাউসিগে?
পলেম নঙবু কায়নবদা,
নচানা ৱারিবা ৱাখলসে,
শিনাইগী লাঈজনদি ঈংহনবীরে খরদি থৱায়সে।

ঐহাক তোর্বানসিদা ফমদুনা,
ঙাইরি কৈদৌঙৈ লূপকদগে খন্দুনা,
লোইরমদাই মীকুপ্তা উজনিংই নচানা,
ইমা নঙগী নুংশিবা মায়থোঙদো।

নুংশি নুংশি শোঞ্জবতা মঙায়রেদো,
ইমা নঙনা নুংশিনা কোনবীরকপদো,
নতস্বাক্তা চেনচোংদুনা শান্নজরকপদো,
ঙসীদি নচা পাঙ্গল থোক্তরেদো।

ৱাবীগনু পলেম ও নচাগীদমক্তা,
ইমা নঙোন্দগী থাপ্না লৈরবসু,
শিনাই তুরেলনা নুংশিনা কোনবীরি,
নচা ঐবু মাগী মশাইগোন্দা।

কাউজরোই ইমা মণিপুর,
হয়েংমুক্কী মপোক্তা নচা ওইনা পোকচগে,
ইমা নংগী সেবা তৌজগে,
পীনবীয়ু ইমা নচাদা অসুম্না শোঞ্জখিদো মানা।

হে শিনাই তুরেল নহাক্না,
বাংলাদেশ ফাওদুনা চৎপদা,
পাউদম্বীরম্মু নচেম ইবেম্মা পদ্মা তুরেলদা,
মেজর চোংথা মিয়াগী নিংঙমদবা ৱারীসে।

পদ্মা তুরেল মহাক্তি,
কবিগুরু রবী ঠাকুরনা,
শৈথারম্লিবনি নীংথীজবা ফজবদা,
কেজবী নৌজবী শকহেনবী নুজাগুম।

শিনাই নঙোন্দা অসিমদি পাউমেঞ্জগে,
খোংজোম লালগী লুচিংপুরেলদুগী চিতাগী ঊৎসে,
পুথবীদুনা তিলহনবীখো পদ্মাগী ঈচেলদা,
অদুদগী য়ৌহনবীখো সমুদ্রগী ঈপাক্তা।

সমুদ্র ঈপাক্তগী অমুক লাইজনা,
মনিল ওন্দুনা পাইখৎসনু অতিয়া তম্না,
অদুগা অমুক নোং ওন্দুনা তারকসনু,
মালেমসিদা শান্তিগী ঈরীক থীকথবীরসনু।

কৎচরিবা শ্রদ্ধাঞ্জলিসিনা মচা মশূশিংনা,
লাইরৈবাক্তা লৈরিবা অথোইবদুগী আত্মাদা,
শান্তি ফংবা ওইহনবীসনু,
নিজরি ঐখোয়না মপূ মঙোন্দা।

শিনাই নঙনা শান্তিগী পাউজেল পুরিবদু,
অহীং তাংলৌ থেঙলবদা,
তাইবঙনা তূমখূন হুনখ্রবদা,
থা থব্রানমিচাক্লা য়েংলি মমীৎ কূপ্তুনা।

চহী চামা হেনখরে অথৌবদুনা থূপখিবদো,
অথৌবদুগী খোঙ্গূল লীবদা,
মীওঙ্গ কয়াদি থূপখরে,
কয়া ‘মনা কপলাক কূরূ কাখরে।

অদুবু শিনাই নঙদি নৌদুনতা লৈরিদো,
মথোৎ কারকপী নুজাগুম মপোপ কায়দনা লৈরিদো,
নঙদি লাইরেম্বীগী শকলোন পুবীনি,
মীনুংশি চাউবী নহাকনি।

ঙসিদি ঐ নঙগী তোর্বানসিদা লেপ্লরি,
নঙবু নুংশিনা য়েংজরি,
হন্না হন্না নহাকপু থাগৎচরি,
তৌবীমল খঙবা ঊৎচরি।

খোংজোম লালগী লুচিং পুরেল,
মেজর চোংথা মিয়াবু,
নথানুংদা কোনবীরম্বগী,
করিনা লম্মন শিংগনি ৱাত্ত পাদবী নঙোন্দা?

খুরুমজরি ইমা পূকফবী, নারান খামারদা,
লম্মন তোল্লবনি ঐখোয় পূম্নমক্না নফমদা,
মেজর চোংথা মিয়াবু নতম্বাক্তা কোনবীদুনা,
পলেমগী মীনুংশি ফংহনবীবগীদমক।□

# অনৌবা নূপী লাল

নূপীলাল অমা লোইখ্রে
নূপীলাল অমমূক থেংনবা তারি
থেংনগদবা নত্তে খূৎলাঙ্গি পায়দুনা
ইমু নাইমু তানগদবা লাল নত্তে।

চঙশীনগদৌরিবনি শোক্লগদৌরিবনি
ঐচ আই ভি এইদসকী মায়োক্তনি
ঐচ আই ভি পোজিটিব ওইবা নূপী লীশীং নীপাল হেল্লবনি।

লমদমসিদা ইনসরজেনসি লৈরি
আরম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পব্বার এক্ত চলাইরি
ইচা ঈশূ কয়া চীংমান্দা লোৎতুনা লৈখ্রিবনি
করম্না নূপীশিংনা নীংঙাইদনা তূমখূন হুন্দুনা লৈখিনি?

মণিপুরগী নূপীশিংনা শোক্লখি অহানবা নূপীলাল
সুটো সাহেব সার্পকী বংলো মৈ চাকঙৈদা
বড় সাহেবনা হুকুম থোকখি
মণিপুর তম্পাক্কী নূপামখৈনা

টুমুগী চীংশু উ য়াল্লুরগা লেম্না
সাহেবকী বংলো শাগদবনি মখোয়না হায়।
নুপাশিংগী ইজ্জৎ মাঙবা য়ারোই হায়বগী
শোক্লখিবনি অহানবা নূপী লালদু।

১৯০৪ গী মণিপুরগী অহানবা নূপীলালদু
ঙমখি নুপীশিংনা লানজঙদু
নূপাশিংগী ইজ্জৎ কনখি মখোয়না
অৱাবা কয়া খাংদুনা।

নূপীলালদু লোইখ্রে, নূপাশিংগী লেমজবা পুরকখ্রে
নূপা ওইবশিংনা মখোয়গী লম্মনদি করম্না শিংলিবগে?
নূপীশিংগী লেমজবা করম্না ঙাকপীরিবগে?
ঙসিদি সমাজসিদা খাংলি নূপীশিংনা মীওই মীনৈ কয়া

মীকপ থোকপা মতম ওইরে নূপীশা!
অনৌবা নূপীলাল শোক্লবা তারে
মদুগীদমক শেম শাবা তারে
ফাদোকলিবা শম পুনশিনবা তাকপীরমই জননেতা ইরাবতনা

হান্না শোক্লখিবা নূপীলাল মতমদু
মণিপুরগী নূপীশিং লাইরিক হৈত্রিঙৈনি,
অদুবু মখোয়গী থৌনাদি অঙকপনি
বৃটিশকী সঙ্গীন মায়োক্লখিবনি।

মতমনা পুরকখ্রে হৌজিক অওনবা কয়া,
নূপীশিং লাইরিক লাইশু হৈরে কয়া,
নূপীগী শক্তি হেনগৎলে হরাওনরি
সমাজদা অহোংবা পুরক্লনি থাজনরি।

অদুবু মায়কৈ কদোমদা চৎলিবনো?
হায়নরি নূপীনা দিমান্দ লেটর য়েল্লে,
মীগী যূমদা বোম থনমলে,
বেগতা নোংমৈ পুরমলে, অচুম্বরনে তারিসিবো?

মণিপুরগী নূপীদি থৌনা ফবীনি
নোম্বা কনবী ঈচঙ থৌবীনি
নূপীলাল শোক্ল ঙম্বীনি।
মখোয়দি নোম্বা কনবী ঙক্তনি।

য়ুম্বুরেম্বনা লাল্লুপ কাখ্রিঙৈ
য়ুম পুরিবনি, মচামশু শেন্নরিবনি।
কৈথেলদা চৎতুনা ললোলইতিক তৌরিবনি,
চীংদা কাদুনা শীংচল্লিবনি, পাৎতা কুম্মদুনা লোং খোল্লিবনি।

ফিশা লোনশাদা মপা লৈতবনি
শান্ন খোৎনবদা লাম্বা লৈতবনি।
মখোয়না লমদমসিবু মালেমদা শকতাকলিবনি।
অদু পুম্বা কাওখ্রবরা মতমগী নৃপীশিংনা।

ঙসিদি নৃপীশিং লম্মুক্করে
লমজিং লমতাক পিবীনবসু লৈতরে
মশানা ৱারেপ লৌজবসু ঙমদরে
মীনা ঈনশীল্লগা তুংইন্দুনা চৎলে।

নৃপীলাল অথৌবীশিংগী আত্মানা
লমজিং লমতাক পীরসনু মতমগী নৃপীশিংদা
জননেতাগী ইরাতবকী আত্মানা মখোয়দা
থৌনা হাপ্পীরসনু অনৌবা নৃপীলাল শোক্কনবা।*❑

# নীংশীংবা

হে নীংশীংবা! নহাকসি কনানো?
কদায়দা লৈবনো?
খঙজনীংই, উজনীংই নঙবু,
নঙগা ৱারী শাজনীংই।

করিগীনো হংলবদি নঙনা
ঐবু নোকহল্লি নঙনা,
ঐবু কপহল্লি নঙনা,
ঐবু শাওনীংহল্লি নঙনা।

করিগী নঙনা মাবু নীংশীংহল্লি?
নীংশীংবদুনা কায়হল্লে থম্মোয়সে
মাগী নুংশিরবা মায়থোঙ
খোঙ্গথুম্নরবা মৱাহৈ

উদুনা তাদুনা লৈরি থম্মোয় লকাদা।
ঐ মদু কাওথোকপা পামই
অদুবু ঙমদে নীংশীংদবা
হে নীংশীংবা! নঙনা নত্তরা ঐবু ওৎলিবসি।

ঐগী পুন্সি খোঙচৎসিদা
চোংথোরকই ফন ফন মীৎমাঙদা
ঐনা ঙহাক পোথাগে হোৎনরিঙৈ,
পোথাবা ফংহন্দে নহাক্না।

অসি করি মতৌনো?
নঙনা ঐবু নুংঙাইহল্লি ঙহাক
থৌদোক অমা অদুম নীংশীংদুনা লৈনীংই
অদুবু য়াদে শৎ মাঙখি।

অদুগা অমুকনা নীংশীংগে হোৎনৈ হন্না হন্না
নীংশীংবা ঙমদে থৌদোক অমা, ৱাফম অমা
লৈতোন চীকতুনা খাঙই ঐনা
অসিবু নীংশীংবা নঙগী থৌশিললা?

হে নীংশীংবা নঙদি উঙমদ্রবা শক্তিনিদো
নপাঙ্গল কল্লবা নহাকনিদো,
ইতিহাসকী লম্বী য়াৎলিবা নঙনিদো,
সভ্যতা শেল্লিবসু নহাক্কনিদো

হে নীংশীংবা নঙনা
নীংশীংহনবীগনু ঐবু
ঐগী ইমাঙমক্তা মীনুংশি খঙদ তমথিনা
হাৎতোকপিখ্রবা মহাক্তো খুৎলাঈ পায়বশিংনা।

ঐনা হংজৈ মখোয়দা, মাগী মরাল করিনো?
শূজ নোমজদুনা নোংজু নুংশাদা
থাকচরম্বনি শোল্লবা পলেম পম্বৌ
য়োকচরম্বনি মপারী মমোম হুমাংমলনা

খুমলকখি মখোয়না ঈরায় লায়না
শকমান্নবদগী মিংমান্নবদগী অব্বাবদু নংখিবনি
অদুগা মীহাৎপশিংদুদি দণ্ডী ফংখিদে
তমথিরবা অফসপানা কোনশিন্দুনা থমখি মখোয়বু

ঐ মদুগী থৌদোকতু নীংশীংনীংদে
অদুবু নীংশীংদুনা লৈ মাগী ঈ তৈরবা মায়থোঙ
উদুনতা লৈ ঐগী মীৎমাঙদা
হে নীংশীংবা! কাউহনবিরো মহাকপু

হে নীংশীংবা! অসিনা অমুক
নওগী করম্বা লীলানো?
মপূসিগী লীলা ফম্বক্তা
অচৌবা থৌদাং লৌরম্বা, মরৌশিংনা শামু ফাখিবা মঙোন্দগী

নীংশিংবগী শক্তি লৌথোকপিরে
মহাক ঈকাঈ ঈকি খঙখিদরে,
মীনুংশি, মীচান, য়াওখিদরে,
মহাকতো অমুকসু কপই, অমুকসু নোকই,

চানি থকনি কাউখরে,
সভ্যতাগী চৎনলোন খোঙ্গাওনরে
নীংশীংবা নঙনা শান্নরিবা কূম্মৈসে
য়েংহৈদ্রে, উহৈদ্রে তৌরি মতৌসে
ঈশ্বরনা তৌহল্লিবরা অসিবো? ❑

# ব্লাকৎ মীফমসু অদুম চখুরি

ব্লাকৎ মীফম চখুরি নুপীশিংনা
ঙসীনা লৈকাঈসিগী পালিনি
হয়েংনা লৈকাঈদুগী পালিনি
পালি মথঙ মথঙ চখুরি।
করিগীনো ব্লাকৎ মীফম ফল্লিবা?
অঙাং ফাদুনা পুখিবগী ব্লাকৎনি,
নমদুনা শেল লৌখিবগী ব্লাকৎনি,
চাউবগী য়ূমদা বোম লংশিনবগী,
তোম্বগী য়ূমদা নোংমৈ কাপশীনবগী,
নূপীগী ইজ্জৎ খোঙ্গাওনবগী
নোংমা কাংদনা থোক্লিবা
থৌদোকশিংগী ব্লাকৎনি।

নূপীশিংনা ধারনা ফমলি
মাঙদা ঘোট চফু খিল্লি

প্লেকার্দ ময়াম অমসু য়ুংলি

মদুদা ইরি

মীরক্তা বোম লংশিনবা য়ানীংদে

মরাল লৈত্তবা মী ফাবা য়ানীংদে

নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবা য়ানিংদে

মতূংদা অমুক অসিগুম্বা থৌওং থোকহনবীগনু।

ঐখোয় শান্তি লৈনা হিংবা পামই।

কনাদনো ব্রাকৎলিবা? কনানা তারিবা?

মীরক্তা বোম লংশিনবা

মীরক্তা নোংমৈ কাপশিনবা লেপ্তুনা অদুম চথুরি

ব্রাকৎ মীফমসু অদুম চথুরি।❐

# চেগী হিনাউ

অঙাঙশা! চেল্লো চেল্লো

নোংজাউ খুল্লাকপা য়ৌরক্লে

নোংনা ব্রা ব্রা চুথরক্লে

কোকথক্তা পোপ পোপ তারক্লে।

অঙাঙশা চেল্লো য়ুম য়ৌরো

চেগী হিনাউ শারুরো।

তাউথহল্লো চেন্থুরিবা ঈচেলদা

হিনাউশিংদুনা পাউদম্লুরসনু অচৌবা ঈপাক্তা

নাব্রাশিংনা খৌরাংনা ঙাইহৌরি হায়না

অমোৎ অনৈ, মীওৎ মীনৈ য়াওদ্রবা লমদমদুদা

তরু তরুনা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নজগে।

নোক খেদুনা শান্নজগে

পাউজেল্লু চেগী হিনাউদা।❑

১০।৭।২০১০

# মরুদি কোকখি

হনুবীদুগী মচানূপা মরীনি
অমনা ইঞ্জিনিয়র, অমনা দাক্তর
অমনা উকিল অমনা ওফিসর
মচাশিংদু লোইনা মথৌ চিল্লি
মীয়ামগী সেবা তৌবগী
মাগী মাগী কার্টরদা লৈনখি।
হনুবীদুনা শিরমদাইদা মচাশিং উন'ফংখিদে
মাগী নাক্তা কনাশু লৈবীখিদে,
মমাগী শোরাৎতদি মরু কোকখি মখোয়
পোৎয়েং চাউনদি ফংনখি মখোয়।❒

২৫.১১.২০১০

# লৈরাংদা

হে লৈরাং কৈদৌরে নঙ?

ঙরাঙদি লৈকা ফন্না শাৎহৌবদাই

ঙসিদি লৈখোকতগী কেল্লমলেনা

করি তৌরে? করি হায়রিবনো? ▢

২৭.৫.২০১০

# খোমলাং লম্মন শিংবা

হে নুংশিরবা ঐগী ঈচাশিং
ঙসীদি নখোয় কাওদোঙ ফারেদো
চৎনীংবা চৎ, চানীংবা চা, তৌনীংবা তৌরেদো।
নমা ঐনদি করি অমুক হায়রুনি?
নখোয়গী নতৌ য়েংবদা পেল্লে।

অদুবু অসিমদি নীংশীংউ ইচাশা!
নখোয়সি ঐগী শিয়োমনুংদগীনিদো
ঈ মতুমদগী চাওনবা নাওকোল্লকপনিদো
তৃম্বা মচেৎ চাবা মচেৎ খাওদুনা ঐনা
কদায়দা শোয়খিদগে শেন্নরকপনিদো।

কাউগনু পূন্নমকসি নখোয়না
হায়নবনি অখঙ অহৈনা
মচানা মমাগী খোমলাং লম্মন শিংঙমদে।
অদুবু নুংশিরবা ইচাশা!
নমা ঐনদি নখোয়না লম্মন শিঙকপা পামদেদো।

অদুগা নখোয় খরনা

ইমাবু মচেৎ মচেৎ শেৎলগে

তেমশিংনবদি তৌহৈদবা থবকনিদো।

অসিমদি হায়নীংই

নখোয় খূদীং শান্তিগী লানমী ওইয়ু

নুংশি চান্ননা লৈমিন্নৌ

অমনা অমগী মতেঙ পাংনৌ

নখোয় শাওনগনু, খূৎলাঈ পায়নগনু

মালেমগীখল কাইহনগনু

অসিনা নমা ঐগী

খোমলাং লম্মন শিংবা শকচৌকো।❑

১২.৫.২০১০

# পলেম ইমাদা ওইনজবা

হে ইমা পৃকফবী

নংগুম্বী লৈরোই মালেমদা,

চায়োক নাউয়োক ফজবদা,

নপারী নমোমশিংবু

করি লাইব্রানা নাউথেমলিবা?

মখোয় শাউবা হৈতে,

ব্রাকৎপা তৌদে।

খাওজিল্লি, খাওজীল্লি, খাওজীল্লি।

করি মন্ত্রনা শুমহৎপনো?

নুমিৎ ৬৮ নি ইকোনোমিক ব্লোকেদ তৌবদা

চানবা পোৎ লৈতে, চাক থোংনবা গ্যাস ফংদে,

গাড়ী চেন্নবা পেট্রোল ফংদে,

অঙাং স্কুল থিন্নবা গাড়ী চেন্দ্রে

অঙাং স্কুল কাদ্রসু কনানশু নাচুংদে।

গাড়ী ড্রাইভর শাম্থরকই লম্বীদা,

পুরকপা পোৎ মুন্দুনা হৈদোকপী লোকখাদা।

কনানশু খাম্বীদে মদুদা,

মদোম কপ্পুনা তোকচৈ।

হা ইমা ইবেম্মা !

নচাশিংবু করি যাদুনা পঙথহনবনো?

ৱাকৎপগী মহূৎতা ঈশৈ শক্তুনা লেম্থোকই

হরাওবদা জগোঈ খূৎথেক কথোকই।

হে ইমা ! নঙগুম্বী লৈরোই মালেমদা

নঙগুম্না অপং চুহনবদা নচাশিংবু।

মীকপ থোকহনবীরো নচাশিংবু

মথৌ মঙম হাপ্পিরো ইমা,

কোলোই মীংলেন ফজবী

মনিথোকপী মণিপুর।❐

২৭.৬.২০১০

# চঙজসি মাগী মথূয়াদা

জয় গোপাল, জয় গোবিন্দ

নঙগী মীঙলেন শকচ শোঞ্জরি

তোল্লবা ননাই ঐহাকনা।

নঙদি অহৌবনি, অরোঈবনি, ময়ায়সুনি

পোকপা নাইদবনি, শিবা নাইদবনি।

জয় গোপাল, জয় গোবিন্দ,

নঙদি পূম্নমক উবনি

নঙদি পূম্নমক খঙবনি

নঙদি মফম শিন্থুংনা লৈবনি।

জয় গোপাল জয় গোবিন্দ

নঙনা পূম্নমক ওইবনি

শক নাইদবা নহাকনি

শক্লোন য়াম্বসু নহাকনি।

খুরুমজরি ননাইনা হন্না হন্না।

ফত্রবশিংনা ওৎপি নৈবিরবদা

-• তারো ৱারীসে শিনাইগাং

অন্নাবা তারববু কনবীনবা

অধর্ম্মনা ধর্ম্মবু লাকশীল্লকপদা

ধর্ম্মবু কনবীনবা নহাক্না অবতার তৌবীবনি

হে গোপাল, হে বংশিধারী

নঙগী বাঁশিগী সুরনা,

গোপীশিংগী থম্মোয় হূবনি,

ঈকাঈ ঈকি থাদোক্তুনা

লাকহনবনি ননাক্তা।

জয় গোপাল, জয় গোবিন্দ

কৌরব সভা মমাঙদা

দ্রৌপদীবু ফি মুল্লবদা

নঙতনদি দ্রৌপদীগী ইজ্জৎ কনবিখি।

জয় ওইবীয়ু হে গোপাল, হে গোবিন্দ

নহাক্তি লক্ষ্মীগী মবূংঙোনি

রাধিকাগী থম্মোয়গী লননি,

গোপীশিংগী চান্ন থোইবনি,

পূন্নমক নঙনা লীলা শান্নবনি।

খুরুমজরি ননাইনা হন্না হন্না।

হে কৃষ্ণ, হে গিরীধারী
শঞ্জেনহাশিংগী মরূপলোই
ইন্দ্রনা মখোয়বু নোং নংহল্লবদা
গোবর্দ্ধণ চীংবু খুদোলনা থাঙ্গৎতুনা
ব্রজগোপশিংগী অৱাবা কোকহনবীখি নঙনা।
জয় গোপাল, জয় গোবিন্দ
খুরুমজরি ননাইনা হন্না হন্না।
নঙগী শক্তম কয়ানি
নঙগী মিংলেন কয়ানি
হিন্দুশিংনা কৌই নঙবু কৃষ্ণ
মুসলমানশিংনা কৌই আল্লা
খৃষ্টানশিংনা কৌই নংবু যীশু
অদুবু নঙদি অমত্তনি।
ঈশ্বর মাবু ফংনবা
থাপ্না চৎকদবা নত্তে
নশাবু মশক খঙজিল্লু
মাদি মীপূম খূদীংগী থম্মোয়দা

লেঙদনা অদুম লৈবনি তাকপীরি জ্ঞানীশিংনা।
নীংনীংবা মওঙদা অদুম নীংজৌ
মাবু খঙনবা হোৎনজৌ,
মঙোন্দা চঙজৌ, মঙোন্দা কখোকউ
অসুম্না তাকলি শাস্ত্রনা।
পূক্নীংদা তপথবা ঈংথবা পুরক্লবা
মালেমদা শান্তি পুরক্লবা
চঙজসি মাগী মখূয়াদা।❑

## কৈথেল ফম্নিবী চনূরাশিং

ঐনা কৈথেল কাবদা
অয়ূক অঙনবা অদুদা,
থেংনৈ নূপী খরদি
মনমদা মচা পোরদুনা,
কোক্তা লূকমাই পুরদুনা,
কৈথেল তম্না চৎহৌই।

ঐনা কৈথেল কাবদা,
অয়ূক অঙনবা অদুদা,
লম্বী নাক্কী হোটেলদা
নূপা খরদি তল বোরা চাহৌই
মখোয়না ৱারেম ৱারী শুহৌই।
নহা অনী অহূমসু পূন্না পূন্না
গাড়ীমচা তোংলগা, নাপদ মোবাইল নপ্পুনা
কৈথেল তম্না হায়গৎনখি।

ঐনা কৈথেল কাবদা,
অয়ূক অঙনবা অদুদা,
নূপী ময়াম তোংলদুনা
ইঙেল্লে, থাবল্লে, সনারৈ
কোম্বীরৈ, মোদোল্লে, তখেল্লে
মিংথোনবা বস মথঙ মথঙ
কৈথেল তম্না হায়গৎখি।

ঐনা কৈথেল কাবদা
অয়ূক অঙনবা অদুদা
খ্বাইরমবন্দ কৈথেল য়ৌবদা,
য়োল্লমলে হান্নরা নূপীশিংদুনা।
মখোয়না পুরকপা অয়োনপোৎশিং
হৈরা, ঙা, লফোইলতং মনামশিং
মতম মতমগী ওইবা পোৎলমশিং
ইংখোলদগী, লৌবুক্তগী, চীংদগী
মখোয়না থিরুদুনা পুরকপশিং।

ঐনা কৈথেল কাবদা,

অয়ূক অঙনবা অদুদা,

নূপী ময়াম লৈরমই

পোৎয়োনবী, পোৎতীকপী

পোৎলৈবী মথৌচিনবী নূপীশিং

সেবা ফবী নূপীশিং

লম্বী চৎপা, ব্রাকিং চৎপশিং

ব্রারনি খন্দুনা মখোয়না

তল হৌদুনা চা শেমদুনা লানশিল্লি।

ঐনা কৈথেল কাবদা

অয়ূক অঙনবা অদুদা,

খ্বাইরমন্দ কৈথেল য়ৌবদা,

নূপীশিংদো মথৌ চিল্লমই,

চীংমী, তম্মী, মৈতৈ, পাঙল নুপীশিং

অমনা অমগী মতেঙ পাংনৈ

অমগী মপোৎ অমনা শঙনৈ

অরৈ লৈত তাথোক তাশীন

নুংশি চান্ননা ব্রারী শান্নরমই।

-• তারো ব্রারীসে শিনাইগাং

ঐনা কৈথেল কাবদা
অয়ূক অঙনবা অদুদা
অহল ওইরবী নূপী অমা
মাগী কনা লৈজদ্রবীঅমা,
য়োল্লমই মাসু মরোয় খরা, পেরুক খরা
মানা ইংখোলদগী হেল্লকপা খর
মাঙদা ফিচেৎ অমদা মথা মথা থারদুনা।

তাঞ্জাদুদা হুইসেল অমা খোংলকই
ময়াম ঈপা পাখৎনৈ
মপোৎ মচৈ লোঈশিন্নে।
তানখায়বীরে মখোয়বু
লম্বীদা পোৎ য়োনবীনি হায়
মখোয়গী মপোৎ হৈদোকপিরে
হনুবীদুগী পোৎতুসু পুবদা অদুম য়াওখরে।

ঐনা কৈথেল কাবদা
অয়ূক অঙনবা অদুদা

খ্বাইরমবন্দ কৈথেল য়ৌবদা
থেংনখি ঐনা নোংমসু।
ফারো ফারো লাউনরকখি
মরাঙ মরাঙ তৌনরকখি
পোৎয়োনবী নৃপীদুগী শেঙ্গাওদো
লাক্কুনা মুন্দুনা পুবীখি
মীনুংশি খঙদ্রবা খরনা।

ঐনা কৈথেল কাবদা
অয়ূক অঙনবা অদুদা
কৈথেল পোৎলক চঙবদা,
থেংনরে চফৃ য়োনফম, ঙায়োনফম,
লাইথি য়োনফম, খূজি য়োনফম, বামন পোৎফম
অরাঙফম পোৎফম, চেঙদাইফম
উহৈ য়োনফম, লৈ য়োনফম, চুহী য়োনফম
কবোক য়োনফম, ক্বা মনা য়োনফম
ফিয়োনফম; ফিয়োনফমদসু লৈরি

পৃঙৌ ফনেক য়োনফম, ময়েক নাইবী য়োনফম

খৃদৈ য়োনফম, কাঙখল য়োনফম

মুগাফি য়োনফম, অকেফি য়োনফম

ঈল লাংনচিংবা য়োনফম।

নৃপীশিংনি পোৎফমশিংদুদা ফল্লিবা

য়াম্না পথাপ নাইনা, নিতী নিয়ম ঙাক্লা।

হিংবদা চঙবা পোৎলম পৃম্বা

নৃপীশিংতননি য়োল্লিবা, লৈরিবা

মণিপুরগী নৃপী কৈথেলনি।

ঐনা কৈথেঙ কাবদা,

খ্বাইরমবন্দ কৈথেল য়ৌবদা

কৈথেলগী নোংপোক চীংখৈ পাংবদা,

ফিরিবী পোৎফম থেংনরুই,

কোনুংদা ফিরিবী লোয়শঙ লিংলিঙৈদগী লৈরক্লবনি

মদুদা য়োল্লি নুপীশিংনা

মখোয়না লীদুনা পুথোকপা

অকে অমৌগী পোৎলমশিং
নাৎকী সংস্কৃতিগী মরোল লোপ্লিবা পোৎলমশিং
নীংখম শমজীন, পোৎলোঙ্গ, লাইগী চুরা,
শেঙ্গাও অরোনবা, মোন্দুম মোনতেক
হুমাই, লুহোং ফিজিননচিংবা ।
উবদা তোপ তোপ্পা শক্তমনি
অতৈনা মতৌ তম্বদা
ঙম্লরোইদবা, নাৎকী পোৎলমশিং ঙাক্তনি।
নাৎকী শক্তম্বু ঙাক্তুনা
চৎনবীবু কায়হন্দ কৈথেল ফম্লিবী চনূরাশিংসে
শৃ নোম্বদা মপা লৈতবীনি,
নোল্লুকপদা তমজনীংঙাই ওইবীনি।
মখোয় মচেনি, মচলনি, মমানি,
মখোয়গীদমক চাউথোকচনীংঙাই ওইদবরা
লমদমসিগী মীপূম খূদীংমক্লা।☐

## থাজবদি মাঙদ্রি

ঙাইরকলিবসি ফন কুইরে
অনৌবা অহোংবা অমগীদমক
উজনিংবগীনি লমদমসিদা
ঈংথবা, তপথবা, শান্তি লৈবা
অমগা অমগা পূকচেল তিন্নবা
নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবা।
ঙাইজরি খৌরাংনা নুমিৎতু
নুমিৎতি থেংজীল্লকলে
পাখৎচৈ নুমিৎ তাখিদৌরে,
থাজবদি মাঙদ্রি
শোয়রোই নোংমদি নুমিৎতু লাক্কনি।□

১৪.১.২০১১

# ঈচেলসিগী তোর্বান্দা

নোংমা লাকখি ঐ ঈচেলসিগী তোর্বান্দা
উপালসিগী মরুমদা ফম য়েংজখি চেন্থুরিবা ঈচেলসি
ঙসী অমুক লাকচরি মাগী নাক্তা
মাদি অদুম ঈনৌতা নৌদুনা লৈরমলি।

ঈচেলসিনা মৃরূম মৃরূম শোল্লদুনা লীবীরকই ঐঙোন্দা
হৌখিবা মতমগী নীংশীং ৱারী কয়া
য়াকায়রক্লে নৌহৌনা ঐগী পৃক্নীংগী অথূপ্পা কাচিন্দগী,
নীংশীংহল্লে মরূপশিং ঈচেলসিগী তোর্বান্দা চেনচোংদুনা শান্নমিন্নখিনি

ঈচেলসিনা নীংশীংহল্লে ঐঙোন্দা নৌহৌনা
উগুল্লে মীৎমাঙদা শঙ শঙনা
ৱারকপিরকখিবা ঈপু ঈবেনশিং
ঈশীংদা শান্নে নারনি পাখৎখিবশিং

নোংমসু লাকখি ঐ তোর্বানসিদা চান্নবীগা লোয়ননা
লক্লখি ঐনা ঈশীং চাইশিন্দুনা মঙোন্দা
পৃমচোৎ চোৎহনখি মশা পৃম্বা মখৃৎনা মমায় খুমজিন্দুনা
মঙক লৈথোক লৈশীন তৌদুনা খাঙজখি ৱানা।

নোংমসু থেংনখি ঈচেলসিগী তোর্বান্দা
থব্রায় য়াওদ্রবা হকাচাঙ অমা
অঙৌবা ফিনা কৃপশীন্দুনা থমলিবা অমা
তোর্বান ব্রাংমদা মথৌ মঙম পাঙথোক্লবা ঙাইরিবা অমা

মশানৌ ওইবী মহাক্তুনা মীৎলু পিরাং শিন্থুনা
কোয়চেন চেনজ লাঙজনা
ব্রাকয়ৈ হিহোনবগী মতেঙনা
মশাবীগী থব্রায় য়াওদ্রবা হাকচাঙবু ব্রাংমা লান্নবা হোৎনখি

নুংশিজবা মহাক্তো, পাম্মুজবা মহাক্তো
মাগী কনা হন্না উদ্রবদো
মীনুংশি খঙদ্রবা কনাগী খুজীলনা
শৃজা নোমজরগা হিংজবা মহাক্কী পুনসি লোইখম্নহন্নখিদো।

পোকপা শিবগী অথুপ্পা লিলাবু
মীওঙবা কনানা খঙবা ঙমলুনি'?
অশিবা মহাকপু কনানা জয় তৌরুনি'?
শিবগীদমক করি থোইনা ব্রাগনি'?

পোক্লবদি শিগনি, শিরবদি পোক্কনি,

হকচাঙদনি হোংলিবা, আত্মাদি লেঙদবনি

শিবদি অমনবা ফিজোল থাদেক্কুনা

অহনবা অমা হোংবগুম্বনি, তাকপীরকখি ঈচেলদুনা

অহীং থেঙজীল্লকখি, নিলখোংলম্বা নেমথরকখি

অথাপ্পদা তাউবা হূইদি খোংলকখি

মায়কৈ পূম্বা পূমচিক চীকখি,

ঐদি ফমলি তোর্বানসিদা, খল্লি কৈদৌঙৈ হনগদগে?

থা থব্রান মিচাকনা য়েংলি কূম্মৈদু মমীৎ কূপ্তনা

নোংমা নোংমা হৌখি পুন্সি

চেন চোংদুনা শান্নরম্বা তাংকক লোইখি

শোম্থরকই মন্থরকই পূক্নীং ব্রাখল

ঙমলকতে থৌপাংবা মঙমশান্না

লৈরে য়াতাদুনা ফমথক্তা

লৈতে কনাশু ঈনাক্তা

ঐনদি নুংশিখিবনি মখোয়বু

মখোয়না নুংশিবা হল্লকত্রবদা, কনাদা তাইনরুনি ঐহাক্লা?

পুন্সি হায়সিবু অসিরা
ফংগে হোৎনবদা ফংখিদবা কয়ানি
মরাঙ্গবক ফবা খরতনা ফংখিবনি
লাইবক তমখ্রবা অদুগীদমক করিগী কপ্পুনি নীংঙাইদনা
পূক্নীং ফাজীনজৈ অসুম্না।

পীকলম্বনা চাউরকই
চাউরম্বনা পীকলকই,
মখা থংলম্বনা মথক থংলকই
পুন্সি লোইরমদাই তাংককসিদা।

ঙাইরি লেঙঙমদ্রবা থৱায়সিনা
অরোঙ্গবা পূংজা লাকপা
হনগদবগী অমুক হন্না হান্না লাকখিবা মফমদুদা।
হোংলক্লিবা পূম্বা তরাম্না ওকপা তাই পুন্সিদা
অঙম্বা থৌদাঙ পাংথোকলম্বা তাই।
মওল মওল খল্লকখি তোর্বানসিদা ফমদুনা।❐

# নূপীবু ঈকাঙ্গৈ খুন্নবা

নূপীদি পাণ্ডবীনি, অবলানি
ফোংদোকনৈ অসুম্না নূপীগী মগুণ।
অদুবু নত্তরে নূপীশিংদি হৌজিক মদু
থৱানমিচাক্কী লমদমদা শুন্দ্রংদা
শুন্দ্রংগী অপাঙ্গৈবী তোংদুনা চৎলে মদোম।

ৱাংলবা হিমালয় চীংজাওসু
কাবা ঙমলে নূপীনা,
পাক্লবা সমুদ্র ঈপাকসু
ঈরোঙ্গৈদুনা লাল্লে নূপীনা ।

শান্নবুংদা নূপীনা তেন কাপ্পদা
অরুম্বা থাঙ্গৎপদা, লমজেলদা
থাঙ হাইনবদা, থিন্নবদা শোখবা নৈত্রে অমুক

-• তারো ৱারীসে শিনাইগাং

অমরোমদা মহাকসি মমানি
জগৎ শেম্বদা থৌদাঙ লৌরিবীনি,
নিংথৌ, মুনি ঋষি, শকহেনবা
শকহেনবীশিং মাগী শিওমনুংদগীনি।

অদুগা মখোয়বু নাউকোনবীখিবা খরনা
মমা ওইবীগী গুণবু নমদুনা লান্না শীজীন্নরি
নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবীরি
মশাগী ঈখৌ লাংবা কোকহন্নবা।

নখোয়না নৃপীশিংবু ঈকাই ফিরুক খুমহনবীরে
অদুগা অমুক পাউথোকপীরি
মাদি লমচৎ মাঙলবীনি হায়বীরি
অসিরা চাওখৎপগী খূদমবু? □

# মীকপ থোক্লো নূপী

মীকপ থোক্লো নুপী
করিগী লৈরি তূমখূন হন্না,
হৌগৎলো, য়েংলো লাউ
উদরসে মালমেগী নীংথীজবসে।

নোংঙাল্লে চীংখৈ ফিদূপ হুল্লে
চরোয়না তেতু খোংলকলে
কোরৌ মাসু সনা ফিগে থোল্লে
নোংপোক চীংখৈ পাংবদগী খোঙদোয়রক্লে।

কোরৌ মশেক ফংবদা
লৈশাৎ তন্নে হৈপাল লৈপাল
লৈনম্না লৈকাঙ্গ পল্লাল্লে,
খোইমু খোইরেন ইল্লরে।

অমুক তূমথরনু, মীকপ থোক্লো
লৈরনু অমুক হন্না অন্ধবিস্বাসকী কুয়োমনুংদা
নশাগী নতীক খঙজিল্লো
নশাগী হক খঙদোক্লো।

য়েংঙু অকোয়বদা লৈরিবসে ঙাকলৌ কয়া
লৌদুনা মতেঙ শীজীন্নরো নশানা
অবলা মিংথোল শাগোন্নদুনা লৈরদি
করম্না চাওখৎপা ওইথোক্কনি?

হে নূপী! নহাক্কনিনে মালেম হিংহল্লিসে
নঙগী শিওমনুংদগীনিনে
তাইবঙ মীওঈ পূম্বসে
নঙগী নচা ঙাক্তনিসে।

নচা ফত্রে, থীনা তৌবীরে হায়দুনা
করিগী নুংশুক নুংজানগনি
পীনহৈবা, ঙাকপীহৈবনা নঙগী নগূণনি
নঙগী নশিঞ্জাংদি কথোকপনি।

মীকপ থোকলো নূপীশিং
ফোংদোকলো নথৌনা নরৌশিং
শীংনরকপা খূদীং মায়োক্করো
মালেমদা শান্তিগী পাউজেল য়েল্লমলো।☐

## নীংতম্বগী টিকেৎ

টিকেৎ য়োঞ্জরি, টিকেৎ য়োঞ্জরি

অমমমতং লৈবীয়ু, অপাম্বতা লৌবীয়ু

নীংতম্বা পাম্বগী টিকেৎ লৈ

চাওখৎপা পাম্বগী টিকেৎ লৈ

নোংমৈ পাম্বগীসু টিকেৎ লৈ

অপাম্বতা খনবীয়ু, অপাম্বতা লৈবীয়ু।

পৈশাগা শিন্নে নীংতম্বগী টিকেৎকা

পৈশাগা ওন্নে নোংমৈ মরুগী টিকেৎকা

কোয়চেন চেন্নে, অরৈবা পুথোক্তুনা লৈনৈ

হরাও হরাও হন্নখি টিকেৎ পায়রদুনা।

টিকেৎ পায়রবনিনা তৌনিংবা য়ারে,

নীংতম্বা ফংনবা থৌরাঙ লৌখৎলে

নীংতম্বা পীরগে লাউরে

কনা ননীং তৌবা য়ারোই হায়রে।

লম হেল্লবা নরু কোক্কনি,

-• তারো ৱারীসে শিনাইগাং

নয়ূম মৈ থাগনি

নথৱায় মচাদু মাঙনীংদ্রবদি

টিকেৎ পায়বশিংনা হায়বা ইল্লু।

অথিংবা পীঙমদ্রে কনাসু

তুমিন তুমিন লৈনৈ ঙম্নমক

মচীন চোম্বা খরদি

ফাদুনা পুবীখ্রে মখোঙ মখূৎ পুন্দুনা

ৱাকৎলুবা খরদি

মনমদা নোংমৈনা নম

পুখ্রে নীংতম্বগী লৈবাক্তুদা

নীংতম্বগী টিকেৎ পায়বশিংনা

নীংতম্বা পামদবা মী লৈরমলোই

নীংতম্বগী মমল নাইবা নত্তে

নীংতম্বা ফংনবা লাল শোক্লে

নীংতম্বগীদমক থৱায় কথোকনৈ।

নীংতম্বা ফংনিংদে হায়বশিংদো

মনাতোন্দা ঈশীং হৈজীনবীরে

নীংতম্বা ফংনবগীদমক শেল তিংবা তাই
শেল তিংঙমদ্রবা খাঙবা তাই ফুবা চৈবা, হাৎপা তূপ্পা।
নীংতম্বা টিকেৎ পায়বশিংনা হায় য়াদ্রদি
থোঙ লোন্দুনা লৈবা তাই
থবক শূদনা লোৎপা তাই
অনাবসু লায়েংদনা শিবা তাই।
হে নীংতম্বা নঙগী ব্রাহস্তোক খঙজদ্রিবা
নৌজরিবা নাব্রাশিংগীদমক
করম্বা টিকেৎ লৈগদগে
তাকপিরো নহাক্লা ঐখোয়দা।
হে নীংতম্বা কদায়দা লৈবগে নহাকপু
শাফোঙবীরো উজনিংই ঐখোয়না নহাকপু।❐

## ঐ ঈশৈ শকচনীংই

ঐ ঈশৈ শকচনীংই
অদুবু থোরকত্রে খোঞ্জেলসে
চুথরকলে ঈগী নোং
ঈখেঙ য়াল্লবা ঈশীং থক্লুবদৈ
ফুনজিনখরে চরমসে।

ঐ ঈশৈ তাজনীংই
অদুবু তাবা ফংদ্রে নাকোংসিনা
পোকখায়রিবা বোমগী মখোলনা
য়ৈশীনখরে ঐগী নাকোংসে
কদোমনো, কদায়দনো চৎকদবা
নুংশিবা সুর তানবা
ঐ ঈশৈ শকচনীংই।

# চেক্লাদুগী মরাইবক

থেৎলি দুকান মমাঙদুদা ইদুনা
রাম কৃষ্ণ-চিকন সেন্টর
ফংবীগনি অসিদা চিকন
অঙৌবা, অতাওবা, লাইফ, দ্রেস অহোঙবা মমলদা হায়না

মরী মরী চংশীন্নে মীশিংদু দুকান্দুদা
লাই খুরুমগে মতাগুম্মী রাম কৃষ্ণ মন্দিরদা
দুকান মমাংদা লৈরিবা শারংদুদনা
ঙাইজরি ৱানা য়েনবা য়েনবী অনীদু
মখোয়বু খাংদা ঙৌবীগদবা মতমদু।

য়েনবীনা য়েনবাদা হায়জৈ
নুংশি হৈতদকো মখোয়সে
ঈচাশিং লোয়না হাৎতোকপিথ্রে মখোয়না

তারো ৱারীসে শিনাইগাং

ঐখোয়সু মখোয়গুম্না ঈচা নুংশিরিবনি
ইশাদা অনাবা ফাওরিবনি।

তাঙ্গাদুদা লাকই মী অমা দুকান্দুদা
ঈচাগী বার্থদে পার্টিগী
অশেম্বা চিকন খর থুনা পীয়ু হায়রৈ।
দুকান্দারদু থোরকই পরপ পরপ
পুশিনখি য়েনবা য়েনবীদু মঙকশমদা শূপ্লায় পায়দুনা।□

২৭.৫.২০১১

## অশেংবা নুংঙাইবা

মীশিংনা থিনরি কোয়না চৎতুনা
কদায়দা লৈ নুংঙাইবা হায়বদু
পৈশানা লৈবা ফংবরা?
মশকসু উদে, লৈফমসু খঙদে।

নুংঙাইবা মখল য়ামই
কনানা ফজবা ফিজোল শেৎলগা
কনানা ফজবা দলালদা লৈরগা
কনানা জীপ-কার তোংলগা
নুংঙাইবনি খন ফংনবা তান্নরি ।

মদু ফংনবা নমথাক তৌনরি
নমদুনা মীগী মপোৎ লৌনরি

তারো বারীসে শিনাইগাং

নোংমৈ কাপ্পরি মী হাৎনরি
হিংনা শদোং ফক্করি নুংঙাইবা থিবদা
মুনি ঋষিনদি হায়রি
থিয়ু তুমিন্না নুংদা
অনেম্বা বাখল, ওইজবা থিবা থাদোকউ
রাংখৎলু পৃক্রীং লৃপশিল্লু মঙোন্দা
শেম্বীবা মাগা ভিনশিন্নবা মীকুপ্তা
ফংগনি অশেংবা নুংঙাইবা□

# মমা লৈবাক্কী

মমা লৈবাক্কী নীংতম লানফমদা
য়েক্লবা মায়রোঙ য়াওরুরগা
য়েক্ল কয়া মায়থী পীরম্লগা
হল্লকলে লান্মীদো মরমদম পাংনা।
থৎলমলে মাবু লম্বীদা য়েক্ল খরনা
পুখরে মাবু দণ্ডী পীনবা।
তাখিদ্রে মৰা মপাউ নীংতম লানমীদুগী
হংবীদ্রে কনানসু মহাকপু
তাবা ফংখিদ্রে নুংশি ৰাহৈ অমসু
উখিদ্রে নুংশি মোমোন অমতসু মানা।
লেল্লি মপুন্সিদো কৈশুমশঙদা মপূন্সিচুপ্না
নীংতম্বগীদমক মমা লৈবাক্কী।❒

তারো ৰারীসে শিনাইগাং

## পাখোং অমা

যুগ কয়া লৈরক্লবনি ঐ

যুগ কয়া লৈখিনি ঐ

পাক্লবা অতিয়াগী মশাইগোলসিদা

ঐবু মাঙহনগনু, শোক্কনু

ফজবনি, য়েংদ-য়েংউ।❒

## নুংশি চান্নবা হিংমিন্নসি

নোংমদি শোয়দনা থাদোক্কনি
অসুক ফজখ্রবা মালেমসে
খল্লুবদা পাখৎলি লৈতাদে পূক্লীংসে
ওন্থোক্লা পাম্মুজৈ পুন্সিসে।

নহালমখৈ খল্লুদে শিনি হায়বা
নহা ওইবৈ হেদো হেরাও কারিঙৈ
নুংশি নুংওন্দা তাউরিঙৈ
হরাও মথোয় কারিঙৈ
মীকি লাইকিরমদে ঐ
ঐ মণ্ডায়রে নাপল কারমই
খ্বাইদগী কনবা, শক ফজবা ঐনি খল্লমই।

অঙাঙ নাব্রা ওইরিঙৈ
পলেম পন্থৌ তম্বাকতা নাউথী শারিঙৈ

- তারো ব্বারীসে শিনাইগাং

মখোয়গী নুংশি চানবীবা ফংলিঁঙে
কয়াদা নুংঙাইনা শান্নরম্বা
খল্লুদে করিসু অব্রাবা।

ঙসি তুংগী লম্বীনা তেনশিল্লক্লবা
মাঙগী লম্বীনা শাংহৌরবা মতাঙসিদা
কল্লকলকই অরেম্বদা মাঙহনখ্রবা মতমদো
করিশু তৌবা ঙমদ্রে ঙসীদি
হৌগৎতুনা চৎপসু ঙমদ্রে ঐ
তৌনীংবা পাঙথোকনীংবদি কয়া লৈরি।

লেঙ ওৎ ঙমদ্রবসু হকচাঙনা
কয়াদা পাম্মুখ্রবা থব্রায়নো
মাবু শৃকথা থাদোকনীংদেকো
লৈনিংই মাগা শাগোন্নদুনা অদুম
থাদোক্কুনা চৎপা পামদেদো
ফজখ্রবা মালেমসে, মহৌশা ফজবা খৃৎশেমসে।
ঐ শিনিংদে কুইনা হিংনিংই

য়াওল য়াতা ঙমদ্রবা, করিশু তৌবা ঙমদ্রবা ঐনা।

অদুগা করিগীনো খরনা

পোকঙমদনা পোল্ল মপোকসিদা

নোংমা শোয়দনা শিদৌ লৈরসিদা

মদোম শিজরিবা আত্মাঘাট তৌদুনা।

করিগীনো খৎনরিবা তেনখ্রবা পুন্সিসিদা

কৈদৌননি খোমজীন্দুনা অহেনবা লন্থুম

পুদুনা চৎপসু য়ারোইদ মফমদুদা

নুংশি চান্নবা হিংমিন্নসি ঐখোয় পুন্স্বা।❐

# উপালশিংনা ৱাকৎলি

কালেনগী নুংশানা য়ক লাওরবদা
লৌমীনা লোয়জি লোয়া কোয়ঙমদ্রবদা
থুপচখি মীশিংনা নরুমদা
পোখ্খাজখি নংগী নশাইগোন্দা।

হে ৱাংথোইরবা উপাল নঙ
তুরেদো ঙসিদি উজাও নঙ
ককথৎপিরেদো নংগী লুরেনদো
সভ্যতা শেমগৎপগী থবক্কীনি হায়দুনা

নশাইগোন্দা শাইদাংলম্বা চেক্লাশিং
কোইপাই পাই কোয়রাং লাং
হায়জখিবনি তৌবীনু অদুম্না
ৱাকৎচখিবনি অসুম্না

হে তাইবং মীওইবা! খন্থবিয়ু হায়জরিবনি
ঐখোয়সু নখোয়গুম্না থৱায় পাল্লিবনি
ইশাদা অনাবা ফাওরিবনি
ঐখোয়দি মীওইবগী কান্নবতা তৌজবনি।□

তারো ৱারীসে শিনাইগাং



## অইবীগী ফোংথ্রবা লাইরিকশিংদি

ক) **রিসার্চ পব্লিকেসন ওইনা**

এড়ুকেসন ইন মণিপুর (ইংলিস) - ১৯৮১; ফিজিকেল এড়ুকেসন ইন দি স্কুল অফ মণিপুর (ইংলিস) ১৯৮১; ফিজিকেল এড়ুকেসন এন্দ এড়ুকেসন এন্দ এদজসমেন্ট ১৯৯১; ফিজিকেল এড়ুকেসন এন্দ স্পোর্টস (ইংলিস) ১৯৯২ ।

খ) **তম্নবা লাইরিক (টেক্স বুক) ওইনা**

ফিজিকেল এড়ুকেসন (ক্লাস থ্রানগী) ১৯৬১, ক্লাস থ্রীগী ১৯৮১; ক্লাস ফোরগী ১৯৮২; ক্লাস ফাইভকী ১৯৮৩; ক্লাস এঁইটকী ১৯৮৩; ক্লাস এঁইট (ইংলিস) ১৯৮৪; ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী ১৯৯১ ; অঙাংগী বিজ্ঞান : ভুগোল অনৌবা ১৯৬৮ ;এদুকেসন ইন মণিপুর (ইংলিস) ক্লাস XI & XII কী ২০০৬।

গ) **সাহিত্যগী ওইনা**

খোমজিনবা ৱারেং (রেডিওদা অইবীনা ঙাংখিবশিং) ১৯৭৩; ফিজিকেল এড়ুকেসন (নুপীশিংগী হকচাংগী শক্তি হেঙ্গৎহন্নবা ৱারেং) ১৯৭৫; ঐ অমসুং সমাজগী য়াইফবা (তোঙান-তোঙানবা হিরমদা ইবা ৱারেংশিং) - ১৯৭৮; অঙাংগী লৈকোল (অঙাং শেমগৎপগী মতাংদা ৱারেং) ১৯৮৩, খঙনিংবশিংদো (অঙাংগী লাইরিক মনা ফংথ্রবা) ১৯৮৩; স্বৰ্গগী লৈবাক্তুদা (লমকোয় ৱারী) ১৯৯৪; কোম্বীং ওপরেসন (ৱারীমচা) ১৯৯৬; নুপীগী য়াকায়রোল (ৱারেং) - ১৯৯৭; কোরৌহনবনা ইরোন্নুংদগী খোঙদোইরকপা লমদমদুদা (লমকোয় ৱারী) ১৯৯৮; লোইনাইদ্রবা ৱারী (ৱারীমচা) ১৯৯৯; কোহিনুরগী মশাইগোন্দা (লমকোয় ৱারী) ২০০০; অমেরিকাগী খোঙচৎতা (লমকোয় ৱারী) ২০০১; খুরোই হাওরা লমলাংতোং (লম্মাংদোং: বিষ্ণুপুর); (সংস্কৃতিগী মতাংদা ইবা ৱারেং) ২০০৪; পৰ্ব্বত কে পার (চীংলোন্দুগী ৱাংমদা) হিন্দিদা ৱারীমচা) ২০০৫; গঙ্গাগী মতম্বাক্তা (লমকোয় ৱারী) ২০০৫; শিজলাইওইবী অমসুং মহারাস (সংস্কৃতিগী মতাংদা ইবা ৱারেং) ২০০৫; নুংশি খুদোল (ৱারীমচা) - ২০০৬, মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং মণিপুরী নুপী (ৱারেং) ২০০৭। লৈনম চেন্দ্রবসু লৈরাং শাৎলি (শৈরেং) ২০০৮; আকাশি গঙ্গাগী তোৰ্বান্দা (লমকোয় ৱারী) ২০০৯; মণিপুরী কলচর এন্দ মণিপুরী ৱুইমেন (ইংলিসতা ৱারেং) ২০০৯; নুপীগী য়াকায়রোল (অনৌবা ইদিসন) ২০০৯; রাসেশ্বরী পালাগী পরম্পরা (কলচরগী মরমদা ৱারেং) ২০০৯; চেক্লাদুগী অরোইবা বিদায় (ৱারীমচা) ২০১০; কলচরেল হিস্টরী অফ মণিপুর (ইংলিসতা) ২০১০; তারো ৱারীসে শিনাইগাং (শৈরেং) ২০১১।



## দা. চোংথাম নিংঙোল যামিনী দেবী (১৯৩৬)

মচিন-মনাও তরাহুমদোইগী মনুংদা অনীশুবনি। অপোকপনা চোংথাম বেনুধর সিংহ, অপোকপীনা রাজকুমারী সনাতোম্বী দেবীনি। দা. পুখ্রম্বম রাইকুমারগা লুহোংদুনা মচানুপা অনী লৈ।

লৈফম - শগোলবন্দ, তেরা বাজার, ইম্ফাল

| | | |
|---|---|---|
| মহৈ-মশিং | - | এলাহাবাদ ইউনিভরসিটিদগী মাষ্টর অফ এদুকেশন, পাটনা ইউনিভরসিটিদগী দিপ্লোমা ফিজিকেল এদুকেশন এন্দ স্পোর্টস, বৃটিশ ইন্সটিটিউট বোম্বেদগী দিপ্লোমা জরনোলিজম, গৌহাটি ইউভিরসিটিদগী পি. এচ. দি. নি। |
| থবক তৌবা | - | দি. এম. কোলেজ কম্বাইন্দ ফিজিকেল এদুকেশন এন্দ স্পোর্টসকী ওজা, জি.পি. বুইমেন্স কোলেজ এদুকেশনগী হেদ, দি. এম কোলেজ কম্মসতা প্রিন্সিপাল ওইরমই। |
| ওনররী পোষ্ট | - | চেয়র পর্সন মণিপুর ষ্টেট কামশন ফোর বুইমেন (২০০৬-০৯)। হৌজিক ভিজিটরগী নোমিনি ওইনা মণিপুর ইউনিভরসিটিদা একজিকুটিভ কাওন্সিলগী মেম্বর ওইর। |
| সমাজদা খুদোল তম্বা | - | দা. যামিনীনা একাদেমী ওফ সোসিয়েল কলচরেল ওর্গেনাইজেসনগী সংস্থাল কয়াগা খুৎশাগ্রে। মণিপুরগী মনুং অমসুং মপালদা সেমিনার, কনফরেন্স কয়া যাওই। থব কুগী পোন্নরবা তুংদা আশ্রম অমা লিংখৎতুনা নুপী অমসুং অঙাংগা যাইফং তৌবা লৌখৎতুনা সমাজগী সেবা তৌরি। |
| সাহিত্যগী লমদা খুদোল তম্বা | - | দা. যামিনীনা অঙাংগী তম্বরা লাইরিক ই। নুপীগা মরী লৈনবা রারেং ই। রারী মচা, লমকোয় রারী, কলচরগী মতাংদা ই। মানা ইবা লমকোয় রারী, শিয়াং শিপুনা চিলোক্লবা লমদমদা হায়বদি সাহিত্য একাদেমীনা ফোংদ্রে। এস. সি. আরটিগী টেক্সবুক হায়াওদ্রে। মাগী রারীমচা : চীংলোনদুগী ব্রাংমদা হায়বসি তেলেগু লোন্দা হন্দোক্লুনা ফোংদ্রে। মানা ইবা "খঙনিংবশিংদো" হায়বা লাইরিক্তা মণিপুরী সবকাবনা মনা পীখি। সাহিত্যগী লমদা খুদোল তম্বগী দা. বি আর এম্বেদকর এবার্দ পীখ্রে। নেসনেল বুক ট্রষ্টকা এদভাইজরী কমিটিগী মেম্বর ওইনা থৌদাং লৌই। লৈ লাংবা কৌবা জরনেলগী ইদিতর ওইরমই। মালেম হায়না মিংথোনবা রারীমচাগী এন্থ্রোলোজিগী ইদিতর ওই। মণিপুরগী মনুং অমসুং মপালগী মেগাজিন, জরনেলশিংদা আর্টিকল ফোংই। রাইটর্স ফোরমগা প্রসিদেন্ট ওইনা থৌ পুখি। সাহিত্য পরিষদ, রাইটরস ফোরম, কলচরেল ফোরম, লৈকোলগী লাইফ মেম্বরনি। হৌজিক ফাওবদা লাইরিক ৪০ ফোংদ্রে। |